# মণিপুরী সাহিত্য
# অমসুং সাহিত্যকার

এলাংবম দীনমণি সিংহ,
এম, এ; হি, শি, পারঙ্গত

# মাহৌ ওইনা মাহৈ খল্লকং

সমালোচনা সাহিত্য মীতৈলোন্দা হৌজিক তাওদ্রি। লাইরিকশি ইরিবা কিপা এলাংবম নীলমণিসিংহ হায়বসি সাহিত্যদা মথৱাই য়ায়া য়াওবা ছাত্র অমনি। মানা নৈনরিবসি য়াম্না রাংই হায়বদি য়াদে, অদুবু সাহিত্যগী খোইমু অতৈনা মাগী মাগী মিৎয়েংদুগা চানদুনা য়েংবদা ফুংঙাইবা অমদি পোকনি। নহা ওইরিবা হৌয়িংখোই অসিনা সাহিত্যগী লৈপাক থক্লদগী খোইহী থর খোইরাসিদা তুঙশিনখিবদা য়াজখিবা, খোই অতৈগী ওহাক পোথানবা খোইরা শাজখিবা, ...থাকপগী মথোনা লৈবা......অসিনচিংবগীদমক মহাকপু মীতৈমচা ...হিত্য প্রেমী থুনিংনা খোমগৎপিজম থোকই।

সাহিত্যনা মী লৈনৈ। মীনা মীবু থজলবোই মিংজি, চাননা ...চত্রা হায়বদি থজবা য়াম্না লুই। য়ুম অমদা লৈমিন্নবা নক্পা ...মতা কাওবা অমনা অমবু য়ুম্না থক থজদে। মরম অদুনা ...লোচনা সাহিত্য হৈবা য়াম্না লুই। মী মীত্তগী সংস্কার মতুং ইন্না ...আলোচনা সাহিত্যত্ত মচু শঙই, নেম্মি অমদি রাংই। সমালোচকনা ...য়েংহু ওস্নোক ওস্নোকপা কাচীন্দগী য়েংবা য়াই, মতুদগী খোয়কপা য়াই অঙকপা কংনা ফুংঙাইরবা, কজরবা রাখল। অরাবদি করি কারণুদা মতমদা সমালোচক্ত মীৎয়েং থুই; মানা থাজবদু প্রমাণ য়াওদনা কয়া হেক্তা ইমিংই; মায়কৈ অময়োমদা য়ুম্না য়েংলিতে অতোপ্পা মায়কৈ অতৈ উগন্দে; মরৈবাকীদমক, মক্লাপ মপাংনা শাউদনবা, নক্তগা মথৱাইনা পামজবা লেখক অমনা হয়াওনবা,

নত্রগা তন্না মচা কয়ানা থাগৎনবা নত্রগা থাদনবা তাবদগী হঙৎনা ইবা কিত্নুনা থাগৎপা নত্রগা থাদবা থুংই য়াম্না ইনবা য়াওই—মথয়ায়না অচুম্বদি নত্তে হায়রবা থওনা থওনম্ব। কনাগুম্ব সমালোচক অমনা মরম মুম্না পীদনা, লেখকী মীৎয়েংদদি তাউথদনবা, তোর্বান্দা লাপ্না লেপ্লগা পওলাউ লাউবা পওচৈ চৈবম্ব য়াওই, মশাগী কন্নক-য়েংথীবা লায়নাত্নু কোকদোবোই নীংদুনা নত্রগা মীনা মহাকপু মতীকচাবা শমালোচক অমা ওইনা উবিখিনবনি থন্দুনা।

অচুম্বা ফজবদি মীনা থাগৎলবম্ব থাদয়বম্ব ময়েং থক তাদে, নুংঙম্ব হেন্নত্তে। অউব অপাবশিংগী মমীৎতদা য়াংনা নেম্না, শংনা তাঙনা উনবনি। মরম অহুনা লেওদবা অচুম্বা, তাঙনা কংবা লুনা লোৎপশিংহু সাহিত্যাগী থোংদগী তোথোক্লগা তাইবত মীৎমাওদা উহন্দুনা মুংথাইহনবা মতিকচাবা সমালোচকী মথৌনি।

মতুংদদি সমালোচকশিং হেন্না লুনা লুপথহুনা হেন্না তাওবা হেন্না ফজবা মণি থুঙৎলকপা ওমগনি হায়হুনা আশা তৌই।

জি. সি. তোংব্রা
মে তাং ৩, ১৯৬৯ ইং

# অইনগী অাহ্মৈকদগী

মৌনা থোক্লিবা হীরম অসোয়দা নাংঙবা অমদি পামজবা কয়ামুকা লোয়নবা ইজখিবা লাইরিক্নি। য়াম্নমক থওহুব। ইজরুবা নত্তে, নৈনজরুবা লাইরিকশিংগী মতেংনা থঙ্গরকপা অমদি থওজরকপা থরা লাংস্থোকচবনি। নৈনজবনি, নৈথাইবা নচ্ছদে। পাক চাউরবা মণিপুরী সাহিত্য নৈকোল চিদাই কাচিন অমদা মকম থজিক্কংদবু পীনবিরবদি পামজবগী ওমথৈ পূম্নমক লোইরে।

লাইরিক অসিবু লাইরিক ওইনা লাংস্থোকচবদা অয়াবা মতেং পীনবিখিবা পূম্নমক্তী মকমদা নোংমুক্রা থাগচ্চবা উচ্চরি।

বানানগী মতাংদা থেংনবা হোনবা থুদোংথীবা পূম্নমক থেংনৈ। অরুম অয়াং অমদি খোঙ্খোক্তী মতুংইন্না য়াম্নবা বানান্দা য়ারিবমথৈ নকশিন্নবা লারুজখি। লাইরিক্কী লোথোকপা শরুকশিংদুদি অইবশিংগী মওং অদু থমজে।

লোলগী মতাংদসু তরাই তরাই থোকখিদে। ব্যাকরণগী মওং ঙারুবা হোৎনজবদা মরক মরক্তা মীরোন্দগী হন্দোকপগী অনুবাদকী মওং মানখিবসু কোঙ্গায় য়াওরমগনি। লোল অতৈদগী লোরুবা য়াহৈ অমদি পদ কয়া, মণিপুরীদা হন্দোকপা মতা চাত্রহনা, অহুম শীজিন্নরি। য়াংনা থওলুবনি ঙাকপীয়ু।

লাইরিক অসিবু খুৎই ওইনা পৈরিতৈদা পাবিখিবা অমদি পুকচেল শেংনা মত পীনবিখিবা বিদ্বানশিংগী মকমদা ইকাইখুম্নবা মওং উচ্চরি।

অইবা—

ওক্টোবর তাং ২, ১৯৬৯।

# শ্বাওজিন্না



---

# মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার

—: ৱাহাঙ ঋানবা :—

## সাহিত্য-নৈনবা
## Literary Criticism

সাহিত্যগী করিগুম্বা রচনা (work) হায়বদি উপন্যাস নাটক, শৈরেং অসিনচিংবা অমবু নৈনবা (criticism শীবা হায়বা অসি তরাই তরাইবা থবক নত্তে। লম্বেল-রারী ওইনা ইচম চম্না সুংঙাই-সুংঙাইতে; ফজে-ফজদে নত্রগা কারৈ-কারৈ হায়নবগী রাসা অমনি অদুগা নোংথিজনা, নৈনরিবা থরা অদুমক সাহিত্যগী চঙ্খোল্লবা রচনা অমা ওইবা য়ানবা মওংদা নৈনগে হায়রবদি ইচম চমদে; কলাগী চপচাবা থবক্তি, ৱারী ইবগুম, উপন্যাস ইবগুম অমদি লীলা লেংবগুম লুই। রাথল অমযোমদা রারী কৌলানচিংবা ইবদি ইনিংলকপা অপাম্বা ইবনিনা শাকৈ অদুগা নৈনবা হায়বা অসিদি, মওং চুমহনগে হায়রবদি, নিয়ম কয়ামুক্তী ঙমথৈনা থম্বা তাই। লীলা রারীনচিংবা ইবনা হেম্না শায় হায়বগী মরম নত্তে নৈনবা-মীওই (critic) অমগী থৌদাং অসি চাউই হায়বনি য়ানি।

## নৈনবা-মীওই অমগী মগুণশিং

অহানবমক্তদা মীওই অসিনা ( আলোচক ) মানা নৈনগ-দৌরিবা হীরম নত্ত্রগা বিষয় অদু মযুদ তামা মশক মুন্না খঙবা তাই। খঙবতা নত্তনা কবি নত্ত্রগা লেখক অদুনা কোংদোক্লম্লিবা শৈরেং [redacted]গা রারেং অদুদা য়াওরিবা ভাব পুম্নমক অদু কবি নত্ত্রগা লেখক মশামক ওইনা খন্দুনা য়েংবা অমদি উবা তাই। হায়রবদি কবিনা কপ্লখ্বা মতাং অদুদা মাস্ত কপ্পা তাই। কবি নত্ত্রগা লেখক অদুগী আত্মাদা চঙদুনা মথোয়গী অপাম্বা, পামজবা, মুঙাইবা ১সুং মুঙাইজবা পুম্-ক্ত মগীমু শরুক য়াবা তাবনি। নত্ত্রবদি নৈনগদৌরিবা পোৎলম অদুগী অশেংবা রাখল অদুদা মতিক চাবা চাবকগী রাকম খঙবা ঙম্মোই।

অমিশুবদা, আলোচক অদুদা হীরম কয়াগী পাক চাউরবা জ্ঞান মপুঙ কানা লৈবা তাই। সাহিত্যগা মরি লৈনবা নোংপোক অমদি নোংচুপকী নৈনরোল ( Principles of Literary Criticism ) মযেক লানা খঙবা তাই। অখঙ অহৈাশংনা মতম মতমগী কোঙলকপা চৎনবা রাবা অমদি রাদবা মত কয়া খঙজিন উশিনবা তাবনি। নৈনগদোরিবা লাইরিক অদুমতুং হন্না হন্না পারগা নৈনগদোরবান হায়দুনা কলম হেক থারুবা তারগদি গণতন্ত্রগী খাঙবদা রাঙাংগী নীংতম্বা সাহিত্যগী নীংথজরবা মাই-থোঙদা হামুক তৈহনখিবা য়াই। নৈনরিবা লাইরিক অদুদা অনোবা মত অমা পীরুবা তারবদা মত অদুবু লৌশিংগী মাইকৈ খুদিংমক্তগী নত্ত্রবসু অয়াম্বা মাইকৈদগী শোগৎপা থোকই।

শোগত্তবা স্বপথা য়াদে হায়বগী অপুমবদি লৈতে, অদুগা সমাজ হায়বা অমা লৈরিবনিনা চৎনরকপগী মগুণ তাক্তবস্ত মচিং নাইবা আলোচক (Critic) ওইনা লৌনখিবা য়াই। সাহিত্যগী চৎনরোলগী মতাংদা টি. এস. ইলিয়টনা হায়রম্মী :—

Literary tradition is the borderland lying between literature and history and the well equipped critic will spend much time there and enrich his judgement accordingly.

\+ + + + +

It is part of his (critic) business to preserve tradition—when a good tradition exists.

—T. S. Eliot.

অদুমগুম্বদা, আলোচক অসিদি কবিগুম্বা মওং অমদা মীচং মীথায় নাইদবম থোকই। আলোচনা তৌরিবদি হায়দুনা মরাল পণ্ডথিদা থিদুনা পণ্ডথাদ থাধবা অদুগা য়ানিংলবদি হায়দুনা মরম ইচা চাদবা মওং ইচুম হেক চুমদনা পণ্ডথাদা থাগৎপা মওংদি চুমদে হায়বমক য়াত্রবস্ত অইবা অমদি অপাবা, অনিমকী মকমদা য়াম্না মাঙনিঙাই মশক্তি। আলোচক হায়বসিদি মতিক চারবা বিচারপতি অমগুম ঐগী মীগী নাইদনা অচুম অমাত্তী শোয়নাইত্রবা কলাদা থন তমদুনা য়েংলগা মনা মত্রুলা মরাল পীগদবনি। ডা. ভগীরথ মিশ্রগী মতম্ম মসিমি ;—

"Neither praise nor blame is the object of true criticism. Justly to discriminate, firmly to

establish, wisely to prescribe and honestly to award—these are the true aim and duties of a true critic."

অছম অসিদা নত্তে আলোচকী মগুণ, অচুম অরান মশক নীংথিনা তাক্লবা মতুংদা মতম অমদি মফমগী কান্নবা য়েংতুনা অইবশিংদা অনৌবা খোঙথাংগী আশা পীরমগদবনি। মীগী মথৈ ফংই, মীগী মথরাই নাওনফম থোক্তে হায়দুনসু হামুক তৈরবদি তৈরে হায়না খিন্দুনা তাকফম থোকই, ফজদবা পুন্নমক কোং-লোকফম থোকই। অচুগা মমৈথংদা মনোবিজ্ঞানগী রাকম কয়াগী থাজবদা অইবশিংবু পুক্নিং থৌগৎপা য়াবা করিগুম্বা থেংনবা মতাং অমদা থৌগৎপিরমগদবনি। আলোচনাগী লমথুংফমদি অফ-ফত্ত-অরৈ-নৈত তাম্নদুনা পুম্না, হেন্না ফবা লম্বেলদা হিংমিন্নবনি; নমথবা নক্লগা কক্কনা হাৎপা নত্তে। য়াম্থৎপা নত্তে, মখোঙ শোম্বনি। কলাদদি ওস্তোক্লা তে স্থবা থাক্নৌ থবক্তি হায়বা অচুদসু করিগুম্বা মফম অমদা নক্লগা অমদদি লৌথংপা য়াবা থরদা ওইরবসু য়াওরম্বা শোয়দবনি। 'মানা তৌজবা শারিবা অসিনা করি থোকই হায়দুনা' অস্নম্না কল্লকপা অমদি শাওরংনবা মওংদা করিবুসু কনাবুসু য়েংলোইদৌবনি। মতা চাদনা তৌরুবদি অইবশিংনা য়েক্লবনি হায়না লৌথিগনি। তশেংবদি মখোয় অনি নাকপাক তানরবা য়েক্লবা নত্তে গাড়ী অমগী চাকা অনিনি। অদুগা মরম চাদনা মক্লৈদা শংথোদা থৌগৎলুরবসু রানোম রাইহনা নৈদুনা পুথ্রবা বিচারপতিনি হায়বা খঙনখিবা য়াই। অদুনা পোৎশক মুমা থঙলপা নৈনফমগী,

অথরবা মিংথেম্মা মুম্বা নৈনুমগা মপা অমদি মম্বাকী অশেংবা মত কোংদোকপা হায়বসি আলোচক অমগী চঙদবা থাজবা মওনি।

## নৈনবগী মথল

সাহিত্য নৈনবা অসি মওংগী মতুংইন্না চাউরাক্না মথল তরেৎ থোক্না থায়দোকপা য়াই। মথলশিং অসি অমগা অমগা পুমথেন থেম্নবা, অমমা অমগী ভমথৈ লানশিনবা য়াদবা মথৈ মায়োক্না নৈনবা হায়বদুদি থোক্কে। অম্মুম অম্মুম য়াংখৎ য়াংখৎলক্লগা, চাউখৎ চাউখৎলক্লগা অমনা অমগী মত্তেং লৌনবা, অমনা অমনা তানবা য়াবগী য়ারম চপ চানা লৈ। মথলশিং অদু মথংশিংনা মখাগী অসিনি—

১। নৈনরোলগী মতুংইন্না নৈনবা ( Judicial )—ভসি ফাওবদা নোংপোক অমদি নোংচুপলোমগী মপা মখাগী ওইবা নৈনরোল ( Principles of literary criticism ) কয়ামুক থোকল্লে। নৈনরোলশিং অসিদা— কবিতা কদায়বু কৌই; মহাকাব্য ( Epic ) ওইবা তারবদি কয়ম কয়গা মচুপ চঙবগে; উপন্যাস হায়বদি করিনো; করিবু থারীমচা কৌই; শৈরেংদা থাহে-লৈতেং, অলঙ্কার, ছন্দ কদায়বু কৌই, কয়ম্বু কয়গা ছন্দ কৌবগে হায়বনচিংবা নিয়ম কয়ামুক ময়েক লা-না শুগাইয়া তাল্লি। হায়রিবা, নৈনরোলশিং অসিদা তাকলম হাবরম্নিরা মিয়ামশিং অসিগী মতুংইন্না সাহিত্যগী করিগুম্বা বিধা ( হায়বদি থারী, লীলা, য়ারেং অসিনচিংবা ) অমবু কদায় ফাওবা চুম্মী কদায় কদায়-

য়াইদা দোষ লৈবগে হায়না নৈনরিবা নৈনবগী মওং অদুবু নৈন-রোলগী মতুংইন্না নৈনবা হায়না খঙনৈ।

২। ব্যাখ্যা নত্রগা শন্দোক্না ভাকপা মওং ( Inductive )— মওং অসিগদি মথক্তা হায়খিবা নৈনরোলশিংগী নিয়মশিং অদু থোইনা য়েংলুদয়ে। কবি নত্রগা লেখক্না শক্না নত্রগা মচক্না য়ৈহুনা খরদং কোংদোকপা অদু ইতিং তিংনা, য়াম্না শন্দোক্না ভাকই। অইবা মহাক অদুগী কবিগুম্বা অথন্নবা, ইরবা অমদি কোওলবা বিষয় অমা লৌরগা মদুদা অইবা মশানা য়েংলিবা নিংয়েং করিনো, মশাগী মত করিনে, করি ওইবম্বা ফাঙবা য়াবাগ হায়না মমুদ তানা নৈনৈ। মসিগী মতুং অসিদা আলোচক মশাগী ওইবা মত কয়াস্থ মপুঙ ফানা কোংদোকপা য়াই কোং-দোক্নে। তৌবতবু আলোচক অদুদা বিষয় অদু কমদৌনা থোকই— সুঙাইবরা সুঙাইতবরা কজে হায়নিংবরা ফজদে হায়-নিংবরা হায়বা মওং অদুমদি য়াওদে। ( মদুগীনা তোঙানবা মথল অমা লৈরি। ) মওং অসিদা আলোচক অসি মতিক চারবা থিগল্লবা বৈজ্ঞানিক অমগী মতৌগুম মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা, হন্দুনা মা-হুনা থিবা য়াই; অদুগা মমৈথংদা অনৌবা নিয়ম ফাওবা পুথোক্তুনা ময়ামদা উৎপা য়াই। মানা পুথোক্লিবা নিয়ম অদু য়াবা য়াদবমা ময়ামগী য়ানি। অনৌবা অমা হেক পুথোকপা হায়বা অসি তরাই তরাইবা নত্তে, লোয়নমা অহানবা মতম খরদি মীনোক মায়য়োক্নবা তাবগু য়াওই; অঙাওবনি হায়বা য়োনা খরবা য়াওই। অসিগুম্বা মথলগী নৈনবা মওং অসি করি করিগুম্বা মঙাংদা মথকী মথল (১) গী যুক্ষম ওইবা ফাওবা য়াওই।

৩। ইতিহাসকী ওইবা মওং ( Historical )—নৈনবগী মওং অসিদনা অইবা মী অমত্তুং ইরম্লিবা কোক্তগবা বিষয়, অনি অসিগী মতম মতমগী ওইবা ফিভমশিং অদু যুম্না য়েংশিল্লি। হায়রিবা ফিভমশিং অদুগী মতেংনা ইত্তুনা ফোংদোক্লম্লিবা বিষয় অদু লাংথিবা নৈনৈ। চাদৈ চানদে হায়বা খণ্ডিন্নবা লাক্লে। ইরম্লিবা বিষয় অদুগী অকক্লবা মতমদা সমাজগী ফিভম কম-দোরম্মী; ধর্মগী ওইবা ফিভম্না করম্বা মওংদা চশ্লরম্মী; সংস্কৃতিগী মওংনা করিনো অদুগা ফিভমশিং অদুনা বিষয় অদুদা করি ফল পীখি কদায় ফাওবা ফল তাবগে হায়না নৈনরবদি মওং অদু ঐতিহাসিক মওং হায়বত্তু ওইগনি। মক্লগা মিৎয়েং অমরোমদনা অইবা মী অদুনা লাম্হোক্লম্লিবা বিষয় অদুদা য়াওরিবা থোদোকশিং অদু ইতিহাসতা য়াওত্রা য়াওদবরা; কদায় ফাওবা চুম্মী কদায় ফাওবা শেমজিনবনো হায়বা নৈনরবস্তু নৈ-নরিবা মওং অদুবু ইতিহাসকী ওইবা মওংগী নৈনবা ওইগনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা লীলাদা মোইরাংগী অদুভৈগী খম্বা শাবা যুপা অমনা খোঙ্গ্রাও শেত্তুনা কোট লিৎলগা থোকলকপা মতমদা হায়নগনি খম্বগী মতমদা খোঙ্গ্রাও-কোট চৎনরমদে, হন্দকী খম্বা অসিদি ওয়রে। অসিনি মওং অসিগী নৈনবা মখল।

৪। চাংদম্নবগী মওং ( Comparative )—চাংদম্নব মওংগী নৈনবা অসিদা অইবা অমত্তুগী মক্লগা মরামগী মাম্নবা বিষয়শিং অদু অমগা অমগা চাংদম্নদুনা নৈনৈ। মাম্নবা বিষয় হায়বগী অর্থদি মখিং মখা মওং চপ মাম্নবগী বা মত্তে; মওংস্তু মাম্নবা মখিং মখাস্তু চপ মাম্নবদি য়াম্না তাত্তনা ফংগনি। বাঙ্গালী লোলগী

দ্বিজেন্দ্রলাল অমসুং হিন্দী লোলগী জয়শঙ্কর প্রসাদ অনি অসিনা 'চন্দ্রগুপ্ত' কৌবা চপ মান্নবা নাটক অনিথক চাউরাক্লা মতম অমত্তদা ইমিন্নৈ। মসি মঙাই চপ মান্নবা বিষয় হায়বনু। অসিসু লোলাদ তোঙাল্লিবনি। মান্নবা "মাধবী" অমা লাক্লি হায়দুনা "মাধবী" উপন্যাসকী চাংদম্নবা মওংগী নৈনবা অসি ওইথোক্লে হায়বা য়া লৈতে। সাহিত্যগী বিধা পুম্নমক অমগা অমগা করিগুম্বা মিংয়েং অমদা চাংদম্নবা হেক্তো য়াই। হায়বদি ডাক্তর কমলগী মাধবীগা অঙাংহলগী জহেরাগা লমচৎকী মিংয়েংদা চাংদম্নবা য়াই; দরেন্দ্রগী "ভাগ্যচন্দ্র" দা য়াওরিবা লাইশ্রবীগা শেক্সপীয়রগী "মেকবেথ" তা য়াওরিবা লেডী মেকবেথকা চাংদম্নবা য়াই; চাউবগী "য়াখলগী ইচেল" গা মশামক্কী "ছাত্রমচা" অনি অসি থৃংই (Style) গী মিংয়েংদা চাংদম্নদুনা নৈনবা য়াই। চাংদম্নবগী অকক্নবা মিংয়েং লৈতে; অপাম্বা অমা হেক্তা য়াই— আলোচকী অপাম্বনি। তৌবত্তবু চাংদম্নগদৌরিবা হীরম অদু মান্নরিবমখৈ শাকনিঙাইনি।

৫। মনোবিজ্ঞানগী ওইবা মওং (Psychological)— নৈনবগী মথক অসিদা ইরম্নবা বিষয় অদুগী মতেংনা অইবা মী অদুগী মশক মুম্না থিবা অমদি খঙবা তাই। অইবা মী অদুদা করি য়াখল লৈ, মাগী অপাম্বনা করিনো হায়বা অসি মুম্না খঙবা তাই। খঙলবা মতুংদা মহাক্না অকক্নবা সাহিত্যগী হীরম অদু করিগী কমদোনা করম্বা অপাম্বা অমনা ইনশিন্নক্লা ইরমলিবনো হায়বগী মরমদা য়ারিবমখৈ অচুম্বা মওংদা নৈনগদবনি

কলাকার অমনা শেমলম্বা কলাগী থৌওং থুদিঙমক্তা অপাম্বা অমমম শোয়দনা লৈ। শম্বা হায়রবদা লীলা ইবনা সমাজগী অরানবশিং চুমদবশিং, তাক্লবা ই। নত্রগা কায়নবগী নিংঙম-হৌদবা প্রেম হকথেঙনরুরবা কবি অমনা কায়নবগী কবিতা মীং-থিনা ই। নত্রগা শেল ভান্নবা ওইনা হায়ী, রচনা কয়ামুক ইবৈ। অতুনা মথল মখা অয়াম্বা থৌইনশিন অমদি অপাম্বশিং অসি খঙলু, থিরুরবা মতুংদা বিদ্বানশিংনা 'কবিতাদি কবিতাগী-দমক্তনি', 'কবিতাদি মুংঙাইনবা অমদি মুংঙাইহন্নবগীদমক্তনি' অমদি 'কবিতাদি পুন্সিগীদমক্তনি' হায়বনচিংবা সাহিত্যগী লমথুংকম কয়া-মুক পুথোক্লরকপনি। সাহিত্য অসি করিগীদমক ইনরিবমো হায়বগী মরমদা লোংপোকসোমগী পাক চাউরবা মত অমা অসিনি :—

কাব্যম্ য়শোঽর্থকৃতে ব্যবহারবিদে শিবেতরক্ষতয়ে।
সদ্যঃ পরিনির্বৃতয়ে কান্তাসম্মিততয়োপদেশযুজে ॥

( কাব্য ইবদি মিংচৎ ফংই, শেলথুম ফংই, হৌনলোনচৎ তাম কয়ামুক ফংই অমসুং অমঙলগী বাখল পুম্নমক মাঙখি। কাব্যগী মতেংনা মুংঙাইবা কয়া ফংই, মুপীগী মতৌগুম থোৎলবা অমদি তাবদা মুংশিরবা পাউতাক কয়াম্ব ফংই )। পুম্নমক অসিগী মথুংদা অচুম্বা কয়া হেন্না তায়জিনবা নত্রগা থরা হন্থনা তায়বা কয়া য়াওচুনমু সাহিত্যগী করিগুম্বা বিধা অমা ইবদা ইরিবা মী অতুগী অপাম্বা, পামদবা, হৈনবা হৈনজদবা করিগুম্বা থরদি মুকশোয় শোয়দনা লৈরে হায়বা অসিমদি থরবা লৈতনা চুম্নবনি। কবি নত্রগা লেখকী মখাগী ওইবা মওং থরদি করিগুম্বা

মওং অমদা কোঙদোক্লবনি হায়ব'সিমদি শোয়রব্রবনি; কবি ৱর্ড্সৱর্থকী মতম্ মসিনি ;

"Poetry is the spontaneous overflow of powerful feelings, it makes its origin from emotion recollected in tranquillity." অসিগুম্বা মশাগী ওইবা থৱাই ভাজবা শামজবা পূন্নমক অসি কৱিনো, কদায়দনো হায়বা কুপ্পা নৈনবা মওং অদুনি মথল অসিগী লমথুংকম। কমল ডাক্তরগী অপাম্বা কৱিনো, "মাধবী" ইবা মতাংদা মাগী কৱি ফিভম ওইরম্মী হায়বা নৈনবা মতাংদা মনোবিজ্ঞানগী মওংদা নৈনবা হায়না কৌরগনি। অহানবা মিৎয়েংদা মথল অসি ব্যাখ্যাগী মওংদা নৈনবা থুৎনৈনগা থোইনা খেন্নদব মাল্লি। অদুগা তশেংবদি ব্যাখ্যাগী মওংদনা ইরম্লিবা বিষয় অদু নৈনবনি অদুগা মনোবিজ্ঞানগী মওং অসিদনা অইবা মী অদু মানা ইরম্লিবা বিষয় নত্রগা বিষয়শিংগী মতেংনা নৈনবনি।

(৬) আলোচকী মশাগী ওইবা ৱাখলগী মওং (Subjective)— নৈনবগী মথল অসিদা অকক্লবা মিৱমগী ৱাখল পুমথা থাদোকপা য়ারে। কৱিগুম্বা ৱারী অমা, উপন্যাস অমা পাবা লোইরগা পাৱিবা মী থুদিংমকী থমোয়দা অমদি ৱাখলদা কৱিগুম্বা থরদি শোয়দনা কাওই। কাওরক্লিবা পূন্নমক অসি কৱিগুম্বা মথং মনাও অমদা থম্লগা তক তক্লনা হেক কোঙদোকপদা মথল অসিগী নৈনবা অসি ওইরে। থুদম ওইনা হায়রবদা, ডাক্তর কমলগী শৈরেংশিং পারে। মচুং অসিদা হুংঙাইনা থোকপা.

থমে'য় শোক্লা থোকপা, নোক্লিংনা নত্রগা কপ্লিংনা থোকপা মতাং কয়ামুক পারিবা মীহুদা পোক্লে। পোক্লক্লিবা অপদি মতু পারুরগা থো'ক্লক্লিবা রাথলশিং অতু ইচম চম্না হেক থম্নবা; অতু ওইরবদি বৈনবগী মথল অসি ওইরে। মথল অসিমক্তি আলোচকী লনাইগী রাথলনি মশাগীনি; মরম অসিদগী আলোচকী মশাগী ওইবা (Subjective) বৈনবা হায়না খঙনরি। বৈনবগী মথলশিং অসিগী মতুংদা মসিনা মচত্রে অতুগা নীংথিজখিবা মতা চাখিবা থোক্লবদি সাহিত্যগী নীংথিজরবা বিধা অমা ওইবদা মতিক চাবনি। ফজখিদবা তারগনা মপুঙ ফানা লনাইগীদা ওইবা অমদি চৎনবা য়াদবা বৈনবা ওইনা তৌথি ঙসি কাওবদা মণিপুরদা মণিপুরী সাহিত্যগী বৈনবা থরা উরিশসি অয়াম্বনা মথল অসিগী ওইনা তৌই।

(৭) নিয়ম শেম্বগী মওং (Speculative)—মথল অসিগী দমক্তা আলোচকশিংনা সাহিত্যগী বিধা অমত্তগী ওইবা অইবা পুম্নমক, (হায়রবদি মহাকাব্য ওইরে মহাকাব্য পুম্নমক, নাটক ওইরে নাটক পুম্নমক) নত্রবসু অয়াম্বা নীংথিনা মমুদ তানা পাবা তাই। মতুংদা পুম্নমক্তা য়াওবা মাম্নবা পুম্নমক থন্দোকপা তাই। থন্দোক্লবা মতুংদা পুম্নমক্তা য়াওবা নত্রগা ময়াম্নগী ওইনা তৌবা মাম্নবা পুম্নমক অতুবু অকক্লবা বিধা অতুগী চঙদবা য়াদবা শক্লক্লি হায়না নিয়ম ওইনা শেমদোকই। হায়বদি, মণিপুরীদা লৈরিবা মহাকাব্যশিং অসি পারে, য়েংলে। থুদিংমক্তা অকাওবা রারী অমমম য়াওই ইবা মতমদা শৈরেংদা ইনৈ অমস্তং পন্দুপ পন্দুপ শায়না ইনৈ মসিদগী নিয়ম ওইনা শেমজনবা য়ারে মহাকাব্য অমা কৌ

তারবদি অক্তাওবা য়ারী অমা শৈরেং মওংদা পন্দুপ পন্দুপ খায়ত্রুনা ইবা ভাই। অমুকন্থ, মাধবী উপন্যাস য়েংবদা নায়ক অমা য়াওবা থেংনরে, লবঙ্গলতাদসু মরু ওইবা মীওই অমা য়াওরে, খুদোলদসু য়াওরে। অয়ুম্না উপন্যাস পূমনক্কা নায়ক অমমম য়াওরে। নিয়ম অমা শেম্বা য়ারে উপন্যাস হায়বা অসিদা নায়ক অমা য়াওকদম থোকই। অসিগুম্বা মওংগী নৈনবা অসি অনৌবা বিধা অমা লাকপা হৌথ্রবা মতুংদা থোক্লক্কই। সাহিত্যগী ওইবা সিদ্ধান্ত ( theory ) অমদি দর্শনগী অনৌবা য়াথঙশিং শেম্বা লাক্লবা মতাংদা মথক অসিগী নৈনবা অসি শোয়দনা চঙদবা য়াদে। বিদ্বান মোলটোননা ( moulton ) তশেং তশেংনা হায়রম্মী ;—

" Speculative criticism works towards a theory and philosophy of literature………In speculative criticism, formal literary theory relaxes into tentative advance towards an undertime philosophy of literature."

মথক অসিগী মাঙবা নাইরয়োইদবা খুদম্নি এরিষ্টোটলগী 'পোইটিক্স'; ক্রোচেগী 'ইস্থিটিক্স'; মম্মটকী 'কাব্যপ্রকাশ' অসিনচিংবা। মথক অসিগী মতাংদা, শেমথ্রবা নিয়মশি কায়বা অমদি কায়হনবা য়াদে হায়বগী য়া নৈতে। সাহিত্য হায়বা অসিদি লেপ্পা নাইদ্রিবা ঈচেলনি। ঈচেল অসিবু নিয়ম থম্বনা ক্ষাদ্নুনা থম্বা হায়বসি ওইথোক্রোই। মফম অমদি মতম খেন্নরকপগী মতুং ইন্না অনৌ অনৌবা ঈরম থোক্লক্কনি; হান্নগী নিয়মশিংগী মতুংদা লোইনমক নত্রবসু থরদি য়াম্না হেন্না লিরবা ওইনা

থোক্লকনি, চৎনবা য়ারক্লোই। অদুবনি লীলাগী লীলা অমগুম্বা ওইরবস্থ কালিদাসকী মতমদা ইরম্বা নাটকশিংগা রবীন্দ্রনাথকী মতমদা ইবা লীলাশিংগা খেন্নরিবা। খেন্নফম থোকই। খেন্নবা অসিনা অসুম অসুম খেন্নরকপনা অমগা অমগা পুম্মান মান্নরক্তুবা মতম অদুদা অনৌবা নিয়ম অমা থোকচরকুনি। লোয়নবা অনৌবা নৈনরোল মশানা থোক্লকফম থোকই। লোলনা হান্না পোক্লগা ব্যাকরণনা কোন্না থোক্লকপগুম সাহিত্যগী বিধাশিংনা হান্না মরিক চন্না থোক্লক্লবা মতুংদা নৈনরোলনা কোন্না থোক্লকদবনি।

ঙসি ফাওবদাদি মখল তরেৎ অসিদা উবা ফংলি। লেপ্পা নাইদ্রিবা, নাইগনি খল্লুবদস্থ থাজনিঙাই ওইদ্রবা সাহিত্যনি। অনৌবা কয়া থোক্লকপা য়াই। অদুনা নৈনবগী মখলস্থ হেনগৎলকখিগনি। মিৎয়েং খুদিংমক্তুগী য়েংবা য়াবা সাহিত্যনি নৈনবগী মখলস্থ অনৌ অনৌবা থোক্লকখিগনি। শেলথুমগী মওং, রাজনীতিগী মওং অসিনচিংবা মওং কয়াস্থ থোক্লকপা য়ারি। থোক্লকসস্থ; অনৌ অনৌবা মওংগী নৈনবা থোক্লক্লিবগী মতিক সাহিত্য অমদি সমাজগী কান্নবা হেনগৎলকদবদনি। মরমদি সাহিত্যদা য়াওরিবা অচুম্বা, কান্নবা অমদি ফজবা (সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম্) হায়বা মরূ অহুম অসি নৈনরগা থোক্লকনি। সাহিত্য সমগ্র অসি মৈরূ-নৈরগা, অহানবদা হূ থোক্লক্লবস্থ মতুংদদি, কুমিৎ থাগী মশক ওইরবা কান্ন-কান্নরবা মরূ কয়া থোক্লকনি হায়বা থাজফম থোকই।

মণিপুরী সাহিত্যদদি নৈনবগী হীরম অসি য়াম্না নৌনা থোক্লি। (অতৈ লোলগী সাহিত্যগা চাংদম্নবদা)। অচৌ অচৌবা ব্যাকরণ

ই-মত্রিবা লোল অদু য়াম্নমক চাওখৎলে হায়বা য়াদবগুম নৈনবগী লাইরিক মতিক চানা লৈত্রিবা সাহিত্য অদু মতিক চা-না চাউরে অমদি পাক্লে হায়বা ওমনদে। মণিপুরী সাহিত্য অসি য়াম্না লিত্রি হায়রুবা য়াত্রবসু নৈনবগী বিষয় অসিমদি ওন্থোক্লা নৌনা থোক্লি। লিবগী হায়রুরবদি মতিক চানা লৈকম থোক্লবনি। অদুবু ওসি ওরাংদা মাইকৈ অসোমদা পুক্নিং চওগে খন্নরকপদমক হৌনরকপগুম উরি। থরা উরিবা মওং অসিসু আলোচকী মশাগী ওইবা মওং ( Subjective criticism ) ওাক্লা ওইনা তৌই। অদুগা নৈনরকপদা অয়াম্বদা মরাল পুখোকপা ওইনদা তৌরি। করিগুম্বা থাগৎলম্বা তারবসু পংথাদা থাগৎলম্বা য়াবগী রা লৈ। মীচং মীথায় নাইরমদবদি য়াই হায়ববু নাইবা মাল্লি। অশেংবা অর্থদা নৈনবা মীওইশিংদি অইবশিংগী মরাল পুথোক্লগন্তা তোক্তে অরাংপা থিবিক অদু মেনখৎনবগী থৌইনশিন পী। থাগৎকম থোকপা মভাং ফাওবদা থাগৎনদে, সিনি তাইবংগী দোষ অমমা থাগৎলে হায়বা খওনা খওনা হুরাওনবা মীওইবনি। ফাগিনি খওনা খওমা মরাল খজিক পুথোকনুবদা হায়বমক হায়দোক্লবসু মসুংমদি খন্নবা ওাক্তনি। অসিগুম্বা ফিভমশিং অসি খওলগা লিলসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা তৌবা আলোচনা অদুনা অইবা অমদি অপাবগী মরক্তা লৈরম্বা থেন্নবা অদু মওং চুম্না মাওহনবা ওমগনি। আলোচনাগী লমথুংফমদি, হায়সু হায়গ্রে, শেমগৎ শাগৎপা ওইগদবনি মাও তাকহনবা অমদি মাওহনবা ওইহল্লোই-রবনি। নত্রবদি লৈকোল শেম্মিন্নগদৌরিবা মখোয় অনিনা নাকপাক

নাকপাক তা-নতুনা য়াম্নরকপা থোক্লবদি লৈতেংকম ওইদুনা লৈরিবা সাহিত্য লৈকোল অসি মচিন মনাও নৈহৎনকম কুরুক্ষেত্র ওই-থিনি। লৈকোলগী লৈরাং হানৌ কয়া কয়া থোঙনেৎনখিবা য়াই। শারেপ ফাগ্রবা "থম্বা-থোইবী শৈরেং" গুম্বদদি করি থোইদোকপা তৌরদবা য়াইদি হায়ববু মথুং য়াঙবা কাঙবু য়াওরক্লবদি থঙনা নত্রবস্থ খঙদনা, খ ঙফম হকে তৌরকপা য়াই।

এ° দীনমনি সিংহ

# কবি কমল

কবি অমা ওইনা কমল ঈশ্বরগী খুৎশেম অসিগী মলুংদা জীব, জীবগী মনুংদগী মীওইবা হায়বা জীব অসিনা মঙক্রে। কবি করম্না ওইখ্রিবনো? হৌজিক ফাওবদি ঈশ্বর মহাক্তনা খঙসনু। মীওইবা ময়াম অসিদগী অমগা অমগা লোইনা থেৎনে; অমত্তা মাপ্পদে— অসিনা অমুক হেন্না ওকখ্রে। করম্বা অরোনবা অমা ইকোংফোংনা লোত্তুনা থম্লিবা—মহাক ফাওবদং কোঙদোক্লগা তোক খিসনু।

পূম্নমক অসিগী মমাঙদা ঐগী-মীগী থারক্লবা মহোশা কোয়াশাইরেম্বীনা অ ঙুগী ওইবা, পাক চাউরবা মাগী মপুং অমদি মপানগী দৃশ্য পূম্নমক মপুঙফানা হাইদোক্তুনা থম্বিরি অমদি পীনবিরি অরাম-থোরাংগী অপাম-চুংশিগী, অরা-মুংঙাইগী পূম্নমকী মমাঙদা লৈরাং ফুগায়না শাৎলি; থোইমুম্ব মত'ং চপ চানা ঙংনা ঙংনা পাইর; লিরি চুম্বা নামিবগী লোইরোই থোঙদোইদা চীংয়াগী শংলবা লোবুকশি'দা কোনানা অমদি পাৎপান্দা ডেংফোডিল লৈরাংশিংনা অমগা অমগা তাপ্পু থেংথুনরক্লনা থোইরূম মোযোনগী ঈচেলদা তাউথরি। ওসিত্থ তাম্নানা তাম-না তাম-না থোংলি; লৈপাকটেল হামঙুম ওসিস্থ শাৎলি। কা তাঙ্গগা শাৎলিবা থোংগমমেথৈল কনানা উদবা য়াওবগে? অদুবু কমলনা কোঙদোকখি,—

ঈশিংদসু চাউদবী কংকান্দসু হৌদবী।
উ-দা তাংলে উতাংবী, রানা তাংলে রাতাংবী।
পুরেংলেংসি পেদংনবী, নাচোম শেমদি নাওথী শাবী।
লুংশিং শিংলে মিপাইথীবী খোইমু লাক্লে ইকাইথীবী।
( খোংগমমেলৈ )

অসিনি মীচমগা কবি অমগা খেন্নরিবা। অসুম্না কবিশিংনা পোৎ অমা কলাগী মিৎয়েংদা য়েংবা অমদি কলাগী মওংদা কেংদোকপা অসি সাহিত্যগী কলাকার ওইব কবি অমগী চঙদবা য়াউরবা পোৎচঙনি। পোৎ অদুবু মতমগী ওইবা মিৎয়েংদা য়েংবা তাই। চুম্না উ-নবা য়েংবদনদি য়াদ্রি লৈজবা কল্পনাগী শক্তি অঙম্বা মওংদা শীজিন্নবা তাই। ফুগাইরনা শাংলবা লৈ অদু লৈ ওইনা উবগা লোয়ননা মতমগী মতুংদা মথল মশা অয়াম্বা, অয়াঙবা অমদি য়াওদবা পোৎলম কয়ামুকসু উরুবা ঙম্বা তাই। নত্রবদি লৈ অমা শাংলি হায়বদি মীদা নত্তনা মিসু খঙনরিবা তাক্লি। লৈ অমবু লৈরাং অমা ওইনা উবগী মথক্তা কবিগী মিৎকপ্পা য়েংলবদি, কলাগুম্বী নীংথিবী অমগী মকাললম্বা মায়থোঙ ওইনা নত্রগা মীওইবগী পুক্নী ওইনা উবা ঙম্মী। উরুরগতা তোক্লে কবিদি মানা উরিবা অদুমক লৈসী লৈথোনগা লোয়ননা কোং-দোকই। য়েংবা অমদি উংনা হৈ-শিংবা অদুক কোংদোকপদসু মরিক চুমহনবা তাবনি। কলাকর অমগীদমক্তদি কল্পনা অমদি হৈ-শিংনা কোংদোকপা হায়বা মগুণ অনিসিমদি চঙদবা য়াদে হায়না নোংচুপলোনগী নিবন্ধকার ইরিক স্যুটনা ময়েক শেংনা

হায়খি। * কবি কমলগী কল্পনা, য়াংবা য়াংদবগী য়াদি অমনি, অক্তগা মরিক চুমদে নীংথিজদে হায়বদি য়ামোই। অচিকপা অহিংগী বর্ণন অমদা কবিগী কল্পনানি ;—

প্রকৃতিগী লাইনিং কাইনি কিক্তনা,
নিদ্রা শান্ত মচিন-মনাও অনিনা,
মাইকৈ মরিদা মিকুপ নাচম য়েংখ্রে ;
কোজেং হায়োনা তেংবানবু নাউস্তমখ্রে।

( নীরব রজনী )

কবিগী কল্পনাদা অচিং অসিমু কনাগুম্বী লাইনিংবী অমা ওইনা অমদি শান্তি অমম্ভুং নিদ্রাবু খোগল কংজরিবা মচিনমনাও ওইনা উরি। খেঙলবা অহিংগী চিক্লবা মতাং অসিদা খোংলিবা কোজেং হায়োগী খোঞ্জেলনা অচিকপা কায়হম্নবা মরম ওইবগী মচুক্তা তাইবঙবু মখেল ফা-না তুমহম্নবা মিরবা নাওস্তম ঊইখে ওইরি।

ইরৈবাক থাদোক্কুমা মীরৈবাক্তা চৎপা কমলদা নক্তে ; থাপ্না লৈরবা মতমদা মমা লৈবাক্তী হুংশিবা অতৈদমু পোক্লদবা নক্তে। য়াকম খরা ঙাওহুমা নক্রগা ইহুনা কোংদোক্লবমু কোঙ-গাইনি। অদুবু কবিগী থমোয়দা কল্পনানা য়েক্লিবা ইমাগী শক-ক্ষম অচম্বা নক্তে.—

---

*The artist, then, is a man of double activity. He has to have imagination and he has to have craftsmanship.'
'European Painting and Sculpture'

তোর্ব্বান রাংময়োমদা লৈত্রনা,
মশেন মরাংনা উরিবা,
লৈচিন নোংকাই মরক্তগী ;
থুং তিংথোক্লক্লবরনে ইমা !
থাপ্না উরিবা চীংমা তময়াসিদগী
উরে মশেন মরাং ইমাগী মৃত্তিগুম,
তেংথাবগুম তারে "ইমা লৈরি' হাইনা—
থুং তিংথোক্লক্লমাক্লে লৈমু লোগে হাঙ্গনা ।
( মাতৃ তর্পণ )

অশুম্বা কমলগী ফোংদোকপগী মও' নীংথিক্লে, রাধল অমদি কল্পনা রাংই ; মশাগী পীথোকলকপা মগুণ অমসু মাগী কবিতা থুদিংমক্তা তশেং তশেং উবা ফংই । মাগী কবিতাগী সুংঙাইবা খজিক কংলুরবা থুদিংমক্তা কংলবু কবি নত্তে হায়বা য়ারোই । অদুবু অরাবদি হৌজিক হৌজিক উবা কংলিবা কবিতাশিং অসি ( "লৈ-পরেং" অমদি "মাধবী" দা য়াওরিবা ) হৌগৎলকপা মতাংগী ওইনা তৌথিবনা ইয়াং য়াংনা থোক্লি । থরদং কুইনা লৈবি-রমদুনা কাঙম থিংঙমত্রবা শৈরেংগী ঈচেলদা ঈথৈ থরদং পীবা নংলমবদি :—

মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,
থাক্লসমু সরক্ত রাংমদসু,
শাংলুসমু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা,
কবি গুমলোইদগে "লৈ-পরেং" না তক্লবদি—

**কবি কমলগী দর্শন অমসুং বাদ ( Philosophy and Ism )**

দার্শনিক অমা ওইদ্রবদি কনাম্ব মপুঙ ফাৱবা কবি হায়বদু ওইথিদে হায়বসি কবি কোলে-রিজগী থাজবনি।* রাখল চ'উরবা কলাকার-শিংগী মতোগুম কবি কমলসু তাইবঙ অসিবু অমদি পুন্সী অসিবু নক্না অমদি লাপ্না য়েংই। মশাগী ওইবা মিৎয়েংদা নীংথিনা য়েংই, উনিংবা মওংদা খুদিঙ-মকপু উবা ঙম্মী। তশেংবনি, কবিগী রাখলনা দার্শনিক অমা ওই-বদগী মাগী খমোয়না কবি অমা ওইবনা হেল্লি। লৈশেমগী শক্তি লৈবা কলাকারগী থৌরাংনি, ভাব অমদি রাখলগী অরাৎপা লৈরোই। লোয়নননা মহাক্কী মরু ওইবা রাখলশিং পুল্লপ্পা য়েংলগা কবিগুম্বা অকক্নবা বাদ ( Ism ) অমদা থম্বা য়াবগী রাসু লৈ।

অহানবদা, কবিনা পুন্সীবু অমদি তাইপঙবু ঈশ্বরগী নীং-থিজরবা খুৎশেম অমা ওইনা উই। তাইবঙ অসিবু কবিসু লৈতবা ফাগিনি, মঙলানচানি হায়না লৌবা শুকয়া য়ানিংদে। কবি ঐচ° ডব্ল্যু° লোংফেলোনা শীঙনবা অমগা লোয়না 'পুন্সীবু কবিসু লৈতবা মঙলাননি হায়গনু' হায়বগা লোয়নন্না তাইবঙ অসি অর্থ চেল্লবা নীংথিবা মচু কয়ানা লৈতেংনবা মরিক চুম্নবা খোশঙনি লৌথিবগুম কমলসু লৌই। সমাষ্ট অমদি ময়ামগী পুন্সীদা কবিগুম্বা অমম্বা শরুক থরা উরুরগা নীংহন্নবা তৌখিদে। ফুগায়না শাংলদা লৈয়াংবু মুম্না য়েংলগা ঙাইহাক্কী পুক্লোই

---

* No man was ever a great poet without being at the same time a profound philosopher. —Coleridge.

লৈরগা লৈমন চন্দ্রকলা মীংবা কারবগী মুঙাইবদা কপ্পুনা লৈথোকপা কমল হৈনদে। নীংহন্নবদি পাঙনবনি। অদুনা কবিগী মতিতি পুন্সীগী কংনা পাক্লবা ঊপাক অসিদা করিগুম্বা মওং অমদা হি তোনগংপা ভাই, হিংবা ভাই; অদুতদা "মুপা" থোকপা চাঁযবদু ওইগদৌবনি হায়রবসিনি। অদুগুম্বা মীশক অদুতবু কবিগী দর্শননা "নংতমি মুপা" হায়না থরাই হুকচাং য়াওনা থাগৎলি;—

... ... ... .... ... ....

লম্মীচিংবা অথৌবা হিহোনবা মুপাসিতবু
"নংতমি মুপা" হায়বা থোকই থারবা লৈ'সিনা
( কনাগুম্বা স্বদেশভক্ত অমদা )

মতম অমদি মকমগী মতুংইন্না পোৎ থুদিংমক্কী অকবা ফত্তবা অনিমক লৈ। পাক চাউরবা সংসার অসিগী পুন্সীদা অঙানবা লৈবগী মতিক অমম্বা শরুকসু লৈ। অঙানবা শরুকশিং উরুবা থঙলুবগা লোয়ননা অমম্বা শরুকশিংসু কমল উই। অরাবা অমদি অরাৎপা শরুক কয়া উই। ওমর খয়য়ামগী মতৌগুম অরাবা অরাৎপা অমদি অমম্বা শরুকশিং উরবসু উদবগুম "থক-চিল্ল, তুংঙাইথোকউ" হায়বগী রাখলদা থাংতুপ মথোঙদা কমলনা ময়াই কাবগী ঊরাংদা তাউওনা জগৎ অসি কাউথোরবা লাক্লখিবা কবি নত্তে কমলদি। মীহোচাউবা সমাজগী চৎনবী কবি উরুই, থমোয় শোক্লা হায়রকই;—

শাংকাঊবা লৈ'মগীদমক,
অপোম্বা তরা মাঙনরি;

ক্কভবা মনা'মগীদমক,
মশা তরা থুদেকপিরি।

( চোংগ্না লৈহাও )

অমুকন্ত নীংবা কায়থিবনা চাক্লবা কবিগী থবোয়দগী পুন্সীগী অমকপা উরকই ; রাকং-রাহৈগী খোনজমনা হায়রকই ;—

কুটিল ওইরবা সমাজদো,
লৈথা তাবনি উরীগুমনা ;

( চির বিদায় )

⌊ম্যাঙলোমদা, ভুংলোমদা, মাক য়েন্তা ; য়েংথি য়েংখিবা মায়কৈদা চরাঙ খোয়রাঙনবগী, নীংবা থুংদবগী অপাম্বা কয়াগী য়েংথীনবা কয়াগী ঈংথবা লৈত্রবা খোঞ্চেল তাক্লবদা সমাজদগী থাপ্না চেম্ভোকখ্রিরা হায়না থনথি ;—

সমাজগী মরক্তা লৈবস্থ,
লাংতক্লরকই পুক্লিং য়াম্না,
পাইনিংলকই ইশা পান্দুনা,
ভেংথানিংলকই লোল খোক্লুনা।
হোথিবা শক্তা ইপুঞ্জিগী,
পাক্লরে ইতিহাস সমাজগী,
লেমহোবা পুঞ্জিগী শক্লি,
পাজগে নংগী জীবন ইতিহাস।

( নির্জ্জনতা )

অমুক্তি, থবোয়গী ওইবা পোৎলুম ময়াম্না অশুম অশুম

হেঙ্জিল্লকপনা পলায়নবাদী* কবিশিংগী মতৌগুম সমাজবু তুংওইননা থমলম্বগী ৱাখলদগী খরা হেন্না হকচিনখিজুনা পুন্সী অসিদগী ক্হাওবা চৎপ্রসিরা হায়না খল্লকখি;—

অহিংসিদা অস্থকী মতিক চিক্লবা,
অনুতাপনা চাক্লবা থম্মোইসিবু ইংহন্নবা,
শিদ্রা কদাই—শান্তি কদাই—কদাই থাবল ?
খঙলে অনাবনা তেঙ্গল্লিক্লবদা,
অরেম্বনি হিদাক অরেম্বনি সেবা.
মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হিদাকনি অথোইবা।

( নিরব রজনী )

অসি হায় হায়দুনন্থ কমলবু নিরাশাবাদীনি,† পুন্সীদগী লাপ-থোকপা পাম্বা পলায়নবাদীনি হায়বদি য়ারোই। অশেংবদি কমল পুন্সীবু য়াম্না চেৎনা থাজৈ। হোৎনবা অমদি নোম্বনা পুন্সীগী লমথুংফম্নি হায়না খল্লি। অৱাৎপা অহোবা খরা উক্লরগা অনিঙবা থুখাডুনা লৈথোকপগী মহুত্তা অতোবা মশক মুন্না খঙলগা মথুগী লায়েং-পাখৈ থীদুনা মেনশিন্নবা লাক্লবা মীতানি। তশেংনমক কবি কমল আশাবাদীনি। মতম অমদা থমথেংনা শা-ফরম্বা লৈহাও লৈরেনগী পুন্সী নোংমা নোংমগী ময়েং তাবা হৌরক্লে; মনা কেমশিল্লক্লে, মশান্থ মতাং মতাংদা থাকপা হৌরকপনা মউস্থ

---

*হৈনদনা থাদোকলমদুনা চেনখিবগী ভাব ফোঙদোকপা।

†নীংবা কায়নবা, অৱাবা মায়কৈ উগনবা।

কংশিল্লক্লে ; শগ্না হায়রবদা, অরোইবা মতম য়ৌরক্লে। লোথ-রক্লবা পুন্সী উরুরগ কপচেৎপা কবি নিরাশাবাদীশিংগী মিৎয়েংদুনা য়েংদুনা লৈখোক্লে। অরোইবগী মতাং অসিদগী অহোবা অমগী শৈরেং ওইনা উদুনা মঙ্গল পাউজেলনি ;—

কংলো কংলো লৈহাও লৈরেল,
মিংচৎ-উরোং খিল্লমদুনা।
থাদোক্লমলো অরেম্বা তাইবংপান,
হৌরুবো শান্তিগী লৈকোন্দা।

( লৈহাও লৈরেন )

চিরবিদায়দা থমোয়গী কায়নবা অমদি খাইনবগী মতাংদা কাওবা কবিগী আশা অওকপনি। কমলগী বিদায়দি শেৎনরবা থমোয় অমগী পাউজেল নত্তে, পুনশিনগ্রবা থমোয় অনিগী রারীনি। অমনা অনি থোকপা নত্তে অনিনা অমত্তা ওইরকপনি। কবিগী আশাদা থমোয় অনিগী বিদায়নি ;—

চুন্দোকখ্রো নখুৎকী ফোটোদ্র,
কৈদোউৈগদসু পাইথোক্লরোই,
নংগী থমোই অক্লাদগী।

( চিরবিদায় )

কবিগী পামজবা হীরমদি তমজনকম ওইবা আদর্শ হায়বা অদুনি। আদর্শগী ওইবা রাখল কয়ামুক ইলাই লায়না থোক্লকখি :-

খাঙবা কনবগী হি অমত্তং তোংজদ্রনা,
কলমগী মশক ওইবা নৌ অমত্তং পাঙ্গিদ্রনা,

কনামনসু মতেং পাংবিদনা,
চেংজেল করিসু য়াওদনা,
ইথিল ঈরৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা তুরেন্দা,
হি হোনগংগ্রি হৌদংনা অগম্বা লোকচপ তম্বা।
(কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা)

অসিনি স্বদেশ ভক্ত অমদা লৈগদবা মগুণ অমদি থৌনা। পামজবা আশা হায়বা অসিমক আদর্শগী মায়কৈ অমনি। থেংনবা কবিগী মাওদা কৈয়ম্বা কবিগুম্বা অমদা নত্রগা কনাগুম্বা অমদা কবিগী আদর্শনা হংই ;—

পোক্লকপগা তেংবামবদা,
সমাজগী করি পাংথোক্লবা ?

য়য়ামগী ওইবা সংসার অসিদা মশা মশাতগী হিংবা তারবদি মখোঙ-মরি পানবা জীবশিংগী সংসারগা থেয়ন্দ্রে। লনাইগী ওইবা কাম্নবগী মথক্তা মরামগী কাম্নবা তৌবা তাবনি। মতুংদা হিংবা অমদি হিংমিন্নবা ঙমগদৌবনি। অদুনা কবিগী আদর্শগী মতুংইন্না করি তৌবা তাবগে হায়ববু ;—

নিংথমথাদা উন্না থ্রং থ্রং তাথ্রবদা,
মুংশিংনা মরা পান্দুনা চিক্কে তাম্নবদা,
.... .... ... .... ... .... ...
লুম্নবা কৈজুপকী মুংশিবা থালোক্তুনা,
থৌনা ফবা লৈবাকমচা অসিনা,

মতিক চায়বনি। পাক চাউবগী মিৎয়েংদা য়েংলবসু মসিদগী চেন্না পাক চাউবদি লৈরম্বদি য়াই হায়ববু মণিপুরী সাহিত্যনা খঙত্রি।

অহুমশুবনা নায়ককী মতাংনি। য়ারীগী মতুংইন্না অমদি।—'শৈরেং'গী মতুংইন্না নায়ক অসি খম্ব ওইদবা য়াত্রবনি। মতাং অসিদা খম্ববু লাইমক্কি নত্রগা লাইমকা মান্নবা থমু্ংবদি য়ারোই—ময়াম্না য়ানদবনা। চুম্মী, থাজনবগী মতুংইন্না লাইনা মাগী লীলা মপুঙ ফানবা শাইওন ওইনা শেমখিবা মীওইনি হায়বদি কায়দে। অদুগা অইবা অঙাংহল মশামক্তি খম্ববু লাইমক্কি হায়না লৌজত্রুনা 'মহাপ্রভূ' কাওবগী থাক্তা থাঙ্গচত্রুনা থুরুমজখি,—

লাইনা উমখিদবা মীগী অথুম্না লীলাবু,
মীগী ওইনা উত্তু্না জীবই অয়াম থুবমু,

.... ... ... ... .... .... ...

খম্ব মহাপ্রভু নওগী নখোঙ থম্বানবু
কোনজত্রুনা থনোয়দা থুরুমজরি প্রভূবু॥

খম্ববু লাইমক্কি হায়বদি য়ানয়োই, থাজনবা হায়বা য়া অমা লৈরি; থাজবদ লায়রিব সংসারনি। কাব্য অসি পাত্রিভৈদবু ওইরবসু পারুরবা মতুংদবু ওইরবসু খম্ববু লাইমক্কি হায়না কোক হেক নাল্লু্বদি য়ানী লোই। অচুম্ববু ওইরবসু চুমদববু ওইরবসু রামায়ণগী রাম, মহাভারতকী কৃষ্ণ, মৈত্রেয়ী সনামহী লাইনিংথোদংদি লাইনি হায়না কোক নোম্লিংবগী য়া লৈ। অদুনা মোইরাংগী খম্ববু লাইনি হায়না চপয়ুংনা নীংত্রুনা থুরুমগনদসি,

সুকয়াও য়াওরোই হায়বমক্তি ওমদে, অদুগা য়াওরবসু মী অনি মরিদগী ফেল্লোই হায়না খল্লি।

অদুবু, নায়ক অসি লাইদি নত্রে। অদুগা মী অমা ওইনদি মহাকাব্য অমগী নায়ক ওইবদা লৈগদবা মগুণশিং অদুদি খঙবদা ফেল্লোক্না লৈদে হায়বা য়াই। শাগৈ-জাত্তা য়েংলুরবসু খঙ্ঘ য়ুরেপ্পম মচানি; মপাবা মতম অদুগী লৈবাক রায়েন-থোদা পুরিবা অশুবনি পুরেম্বা; মমা হায়রা লৈমকোলগী লৈমা ওাখ্রেমনি। পারী পুরীদা খজিক্কা কাওবা নোংপ্রে খু ন মচানি। চুম্মী, মতম খরদি শিতৎ পাতংপা ওইনা লৈখি; পেরুক্কা চউমখি, যেলিনা চাউরকখি। অদুবু মতম খরা লাইরক্তে চায়দুনা মাগী শাগৈ জাৎ হন্থরে; তোঙ্গে হায়বদি য়াদে। লাইরক্তে হায়রুবগী রাদমি মচেম খঙ্ঘ পোক্লেনবীনা মমা মপা শক্তুনা নাওয়োক নাওকোনখিবনা খঙ্ঘ করিগুম্বা হীরম অমত্তদা নোপখিদে হায়বা য়াই। শাস্ত্রনা পীরিবা নায়ক মখল মরি* অদুগী মশুংদা খঙ্ঘ অসি ধীরোদাত্ত হায়বা নায়ক অদুমক্তি হায়বা চুম্মী। ধীরোদাত্ত নায়ক অমগী মর্কমদা চঙদবা যাত্রবা মগুণশিংদি†—অরা মুংঙাই অমদি অশাওবমা পক্লিং তহা তহাদবা; য়ান্না চীংলেম্বা; ওাকপিহৈবা, থমোয়

* ১। ধীরোদাত্ত, ২। ধীরললিত, ৩। ধীরপ্রশান্ত অমদি, ৪। ধীরোদ্ধত।

† মহাসত্ত্বোঽতিগম্ভীরঃ ক্ষমাবানবিকত্থনঃ।
স্থিরো নিগূঢ়াহংকারো ধীরোদাত্ত দৃঢ়ব্রতঃ॥

—'দশরূপক'

চাউবা, অচাউবগুম কাদবা, থোনা কবা, অমাংবা অমদি ঙাংথোক-খিবা য়াম্বাওদা লেংদনা লৈবা ; শাকম লানকম পুম্নমক্তা হৈ-শিংবা, মীপুংশি থম্বা অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা গুণশিং অসি '—শৈরেং'গী খম্বদা অমত্তা চিথদনা য়াওরি।

অচানবা হেক থোকলকপা মতমদা থোনা অমদি পাঙ্গলগী তশেংবা মূর্ত্তিগী শক্তম্মক লৌদুনা থোকলকই। শক্তা চুদাদা হায়রে খম্ব হায়রিবনি ; চহৈ থোইখানবিবী চন্দ্রশিংগী ঙাওনকম, কিদোম চিংখৎপা কুইন্দ্রিবীশিংগী কল্লক্কম, মমা ওইবীশিংগী খোজি খাগীগুম খম্নকম, চপ্প পোকপশিংগীনা মরি মত্তা ভইনশিংকম লেংমাম্নবা মরূপশিংগী হয়াওনকম য়েন্নবশিংগী খোইশাওনকম মশক্তি। শাকম লানকমদা থোনা কংগী হায়রুরবদি মণিপুরদা মাগুম্বা পণ্ডয়াও য়াওদ্রি। কাব্যগী য়ারীদা হেক থোঙ্গাক্লকপা মতাংমক্তদা চিংথুবা যুবরাজগী ঙাওবদা মপা কৈত্রবা পুরুম শল মমাঙদা শামায়বা ঐরাবত শামু অনি য়াথিরগদবগী শীঙনদুনা লৈবগুম থেংনৈ ; মতুংদা নোংয়াইনা ;—

মখৈ কৌরান শাদুনা কাও অদুনা চেল্লকপা,
নোংয়াই মানা ভায়বা—অনি অদু য়েংবদা
কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অতাং কুমৈ ওইরে।
ভম্পাক য়ুমদা পুসিনখি। (শল শেনবা)

থোনাগী হায়রুরবম্নু খম্ব ভাইবং অসিদা মানা ভম্মোই হায়না খনবা অরুবা থবক অমত্তা লৈতে। মানা তোগে নীং-ন্নবা, নীংদুনা তোগ্রবা থবক অমত্তা খম্বগী থোনাদগী মাইথীবা

যাওখিদে। খোইরেম্বাকী লমদমদা শা ঙাওরক্লবা মতাংনি। কুঞ্জমালা অমদি নোংবানগী ঈথেঙতনা মন্নাই কাপ্রবা কৈরেম্নি। মচেম শকপী কুঞ্জমালা অমদি মতাও নোংবানগী লমন থুমগে হায়না মথন্নতা মথুত্তা ঙা অমত্তুং পায়রদ্রুনা কৈ ফাগদবগী পন্নুং চঙলক্লে। মতাং অসিদা পন্থো শকপা থোংলেম্না নপা ইত্তাও পুম্মেম্বদি কৈ ত্তরেৎ মথুত্তনা নমদ্রুনা ফাখি নঙদি কৈনাও অদু-মত্তুং ফাবদা ঙা পায়রিবা শাবা; ইকায়দা! হায়না লাউরক্লে। শাগী মগুণ খঙবনিনা খম্ব লকক্তি তোদবা ঙমদে। অদুবু মী শোকখ্রবা শা অদুবু মথুত্তনা কাদ্রুনা লাইনিংথৌদা কৎলম্নগে হায়রদুনা চঙলক্লে;—

খম্ব ঙা পায়দনদি,
চংলকপদু উনরে। "হিঃ ঙা পায়খিদরেনা।"
হায়নথরে ·নৈবাক মীয়াম।

( পন্নুং মৈ থারকপা খম্ব অমুক চঙলকপা )

ঙাকপীহেবা হায়বা গুণ অতুগী দমক্তদি খম্ব অশেংবা মূর্তিনি হায়রবা য়াই। নোংবান মানা খম্বা মাগী মকমদা হোজ-হোজ লানবসি মশীং থীঙমদে। অদুবু লাল্লকপা থুদিঙ্গী ঙাকপীয় হায়রকপা থোক্লে হায়রক্লা, হায়রক্তবা থোক্লে হায়রক্তনা নোং-বানবু ঙাকপীখি। থোইবী কবো শোই থাক্লে। নোংমা খম্বগা মবাই কৈরোইজাদ্রগা কোইক্লই। হল্লকপদা নোংবান কোক উহৌরে। মত্রবা নোংবাননি, ওইদবা কয়ামুক হায়জিন্দুনা খম্ববু বিচার লোইশঙদা মরাল শীরে। অদুবু চাউবা থোংজেন অনিগী

বিচারদা ফচুম্বদ্ অরংবমা নমহৎপা ওইথোক্ত, নোংবানগী ওইদবা পুন্নমক চৈরাও মমডুনা কারে। অন্তাং ওলহনবগী দণ্ডি পীবা য়াবা মতাংনি। অদুবু পুকচেল চাউ বা ইনি থৌ পুরিৎ-লাইগী সনা হাক্তক্তা মীহাৎ মীপুনগী দণ্ডিংক্ত থোকখিদে। অদুমকপু নোংবান্দা মথম ইদং খাক্লগা য়ৈবগী দণ্ডি পীখরে। ম্নাককমগু থোকপনি। য়ৈবা হোরক্রে। খম্বগী ঙাকপীহৈবা থমোয়না চৈনা অঙ্গ খাঙবা ঙমদরে, খুমন মানা;—

খম্ব চোংশিল্লক্তুনা চরৈ মমম খাংদুনা,
মতাও নোংবান কুপ্লুরে। কেগে লৈবাক তিনবদা
খুমল মতাও নিজরে।

( খম্বনা কবোদা কোইবগী ম্নাথোক অমম্বুং বিচার )

অম্বুম্না চামরক য়েংহক্লবা নোংবানবু চামরক ঙাকপীখি। মথুল হেঙকমাংয় ক্তিলনা চুম্মী হায়বগী মওংদা মরালনা মপোৎ কাখিবনা কৈথা থারবা নোংবম্না লৈ হেকপদগী লঙজরকপা মরাল পুন্নমক য়াংদুনা খম্ব মতংওদা ঙাকপীয় য়ংজরকপা মতাংদা শামুথেংঙগী, লমজেনগী, মুরা অমদি কাও কাবগী থোদোক পুন্নমক পুমক উ কাউথোক্তুনা নোংবান মাবু থমোয়দগী হোরকপা থোন-কমগা লোয়ননা ঙাকপীখি;—

বৈকুণ্ঠবু হম্বিনা,
শিনবিরসম্বুকো রাহৈ কারন চমবা,
নংগা ঐগা মমাংঙৈ লৈনরম্বা পুম্বদো
কৌক্রম্সি। ( অকোনবা পম্বুং চংবা )

শাদা-লান্দা থোব' খম্বনি পুন্নমক অসি লৈদুনম্ব মাগী মপুক্সিংদা চাউথোকে হ'য়বগী রাখল থোইদিং মথায় অমকা তুবা লৈতত্রবা খম্বনি। কায়বা, কনাগুম্বা অমগী মকমদা লানব লৈ-ত্তত্রবা নায়কি হর্ষ চেল্লবা। ধর্ম্ম অমদি অচুম্বগী মথক্তা হৈশিং-মগুণ অমসু তোপ্তোপ্পা য়াওরি। অদুনা মানা তৌরু তৌরুবা খুদিংদা, চংশি চংশিবা মাইকৈ খুদিংদা মীগী অমদি লাইগী থৌজাল কনবা লৈতে। খম্ব মাগী য়েক্লবনি হায়বা নোংবান অমদি চিংৎবা, অনি অসি মতুনা কনাসু লৈতে; কাও, কৈ-নচিংবা শাদগী হোত্নুনা মী অমদি লাইয়াম পুন্নমক ধর্ম্মগী মাই-কৈদা লৈবা ঙাক্লনি। পুন্নমক্তা খম্ববু মুংশিনা, লুনা চান্না তৌই। অসুম্বা ধীরোদাত্ত নায়ক অমদা য়াওদবা য়াদবা গুণ পুন্নমক '—শৈরেং'গী নায়ক খম্বদা অমত্তা চিথদনা য়াওরে।

মরিশুংনা রসকী রাররি। ভারতকী সাহিত্য শাস্ত্রদদি রস হায়ব'সি তংন-থান্নবা য়াত্রবা শরুক্তি। '—শৈরেংগী' মরুওইবা মপুঙ ওইবা রুসতি শৃঙ্গার রস হায়বদি মুংশিবা অসিনি। মুং-শিবগী উন্নবা অংদি কায়নবা, শরুক অনিসিগী মকম চাউনা লৈ। অহৌবা, ময়াই অমদি অরোইবগী মতাং কয়া কয়াদা খম্ব অমদি থো ইবীগী মরিক চুন্নবা মুংশি রারী ইরি। রস অসিগী উন্নবা মতাংগী মুংঙাইবা শরুকী বর্ণন অমা অসিনি;—

( খম্বনা থোইবীদা ) "কেগে মোইরাং লৈপাক্তা,
অতৈ অমা পামজদে, য়াম্না মুন্না খনবিয়ু,
ওথোইবীদ— লৈরবদি ইকাইকৈদা কায়জরোই।"

খম্বই মন্না তাবদা থোইবী তনিক তন্নিকই,
থোইবী "হান্নমু ইবুংঙো। কনানোনে অঙুবো?"
খম্ব মোমোন নোক্তুনা—"ঐনা হায়রি মীচুদি,
সিদৈ সিনি" হায়চুনা লাইজ ইরোন সুংচুদা,
খম্ব মথুৎ থিন্দুনা, থাদোই মমি অচুনা,
নীংথিজনা তাবিবা মি চুদবু তাক্লক্লে।
"হ য়মা! অচু ওইরেকো!" হায়রমগা থাদোইদো
মিৎস্না খম্ব দ মাংবীদা তমং লাইজ ইহোরে—

(ইম চিংবা)

সুংশিবগী থাক্তি পিরাংতনা ওল্লগা থোইথুম্নবনি; 'পিরাংতনা চোংলবা সুংশিবদি হেন্না সুংশিনকম্মি' হায়বা অসিমু ওথাক্লা চঙশিল্লবা থাক্তি রস অসিগী মতাংদা। অচুগা পিরাং য়াওরক্তুবা কায়না মৈশাতবা লৈতেংহনগ্রবা সুংশিবা অডুদি মৈশাগী ঙমখৈদি 'কবো লোই'গী মতাংদা থরাই পুগ্রবা খম্ব অমদি থম্মবা থোইবী অসিগী লোম্মোক্তুবা কায়নবগী বর্ণন য়েংসি;—

পুনম চিংগোন লৈশি খ্রে থাদোই মশক উথি-ত্র,
থনখিবদা চিংচুনা নুরা উরক্লবদা,
খেব-পুংগী পুংখোঙদা থুমন মদোম রাম্বথি।
থাদোই হন্না য়েংবদা "থংলেন উথিদরেদো।"
খম্বকবা চুদগী পুনম চিংগোন অঙুদা,
লৈরাং মদোম কেমথরে।

কায়নবা শেৎনবগী মতাংদা নায়ক অমদি নায়িকা অনিমক অশিবগা পান্থক ওইনা য়াম্থি।

মপুঙ ওইবা রস অসিদা নত্তনা অতৈ়প্ত ভেংবাংবা ওইনা লোইনা য়াওরি। মসুং অসিদা বিভৎস হায়বদি তুকচবগী ওইবা রস অসিমদি ইরাৎ য়াৎনা থোকই। বিভৎস রস পোক্লিঙাই ওইবা মতাং অমা য়াওই—কুষ্ঠমাঙ্গা কোবা লৈশাবা অমবু কৈজাউ অদুনা শেৎ শেত্তুনা চারম্লগা চাইখায়দুনা থম্লম্বা মশা অদুগী বর্ণন মচেৎ অমা অম্মা পীরম্মী ;—

শাত্রু কৎতবদগী

নুরা মাবু পাম্বনা লোইনা চাথিদে, মঙক

অত্রু থদৎলে—তোঙান সুঙা তারৎই। মশা

তোঙান লৈরমই। ( খম্ব-নো'বান অনিনা পন্নুং চঙবা )

বর্ণন অাস পারুরগা বিভংস্থ থরদি পোকপা য়াই। অদুবু অশেংবদি কবিনা সুপীমচা অদুগী নরইবক থীবা অমদি কৈ অদুগী মকমদা অশাওবগা লোয়ননা নোংবানগী ফত্তবা মবুক অদু উৎনবগী ওইনা তৌরগা বর্ণন ওইনা তোই। অদুবু রস মথল অাসমদি য়াৎলে হায়না লোকা কায়দে। অমা অনি য়াৎনবা ঙাকুনি থুদিঙমক্তা।

বাৎশল্য হায়না কৌনবা মমানা মচান সুংশিবগী ওইবা রস অদুগীদি '—শৈরেং' অসি থোংনি হায়বা য়াই। রস অসিবু শৃঙ্গারগী শরুক অমনিন্থ হায়রৈ। মমা মপানা মচাদা অমদি মচাশিংনা মমা মপাদা সুংশিবা নত্তগা অদুগা

মায়বা মথলগী নুংশিবা অমি অঙাংহলগী কাব্যদা পিক থন্না য়াওরি। শামুখোঙ য়েৎলুরবা খম্ববু লায়কন্নবদা মচেম খম্বনা মোৎপা নোংমাইদা পীবখিবা প্রেমগী বর্ণন পাবদা পুন্নমকী থমোয়দা রস পোক্লিংঙাহনি ;—

... ... .... খম্বনা—"ইচেমহন ঐ
চাক লামইদা" হায়রকই। মোপুরাগী রা অদু
হেক তারকপমক্তদা—মিৎত পিবু শিন্থরে।
হিক হিক কপই খম্বদো, মানা পোকপা নুমিৎতৈ
মবুক্তা নুঙাইখিবা নুমিৎ অদু মঙাইরি॥
"ইচে ঙস্মোই শায়বদি, শায়বিরগা ইনবিয়ু!"
হায়না তাকই মচেদা। খম্ব শায়রে ইনবিরে
চিনগা চিনগা থেংনমা চেক্লা মচা নদোনা
নোংমাই চাকতু চারকই।

(শামুখোঙগী শোকপদগী খম্ব নাবা)

অরাৎপা থরা য়াওরবসু অয়াঙবা রস থরগী বর্ণন অসিদি য়াম্নমক তশেং তশেং তরু তরুনা থোকই। রসকী মিৎয়েংদা য়েংবদা '—শৈরেং' অসি মহাকব্য ওইবদা মোপ্তে হায়বা য়ারে।

মঙাশুরকপদা মঙ্গলাচরণ অমদি বস্তুনির্দেশন য়াওকম থোকই হায়বগী রাকপি। '—শৈরেং' গী অহৌবদা অইবনা মথংশিৎনা গুরুদেববু, খম্ব মহাপ্রভূ, কৃষ্ণ অমদি গোলোকপতিবু থুরুমজন্না মঙ্গলাচরণগী নিয়ম অসিমা মপুঙ ফা-না ঙাক্লি হায়বা য়াই। মতমগী মতুংইন্না মঙ্গলাচরণগী মওং অসি থরদি লাইথোক্লগ্রবনি।

মঙ্গলাচরণ হায়বনা খাদগা চাউনা শাংনা ইনরম্মি তোক্লুরকুম থৌখিবা কুইরবনি। অদুবু করিগুম্বা অচৌবা থবক অমা ময়ামগী মঙ্গল ওইনবা তৌরকপা থৌরম অমগী অহৌবদা ঈশ্বরদা নক্লগা কনাগুম্বা গুরু অমদা খুরুমজবা হায়বা অসিমদি ভারতকী সংস্কৃতিগী শরুক অমা ওইখ্রবনি। অহানবমক্তদা কবি অঙাংহলনা শ্রীগুরুবু মোল্লক্লা খুরুমজে। গুরুগী গুণ অসিগু খঙিক-খরাক্লা চাউবা নত্তে "ঈশ্বরমক্লা গুরুগা মাঙদা উবমক্তদা গুরুবু হান্না খুরুমগদবনি মরমদি গুরুগী কৃপাদগী ঈশ্বর মশক খঙজবা ঙম্লিবনি*" হায়বা য়েনা হায়বা য়াওই।

অসিগা লোয়ননা অহৌবা মতাংদা মঙ্গলাচরণগী মতুংদা, কাব্য অহৌদা য়াওরিবা রারী'লিশাং অদুগী মরমদা য়াম্না শন্না রাহৈ মঙা তরাদা, করিমো কনাগী অমদি করম্না মখলগী রারীনো হায়বা উৎলমগদবনি হায়রি। মসিবু সাহিত্য শাস্ত্রনা বস্তুনির্দেশন হায়না কৌই। হায়রিবা বস্তুনির্দেশন অসিমক্তু '— শৈরেং'দা নীংথিজনা য়াওরি। কাব্যগী মরুওইবা মপুঙ ওইবা রারীদি খম্ব অমসুং থোইবীগী মুংশি রারীনি। করিগী করম্না কনাগী রারী ওইগদৌরিবনো হায়ব'সি চাউরাক্লা কাব্যগী অহৌবদা 'শক শেনবগী মতাংদা কাব্যকারনা খরা উৎলি। চিংখুবগী ঃরামরাইদা শিল্লংবা লাকপা খম্বগা, ফমদুনা ফনেক মপান লোল্লম্বী থোইবীগা

*গুরুগোবিন্দ দোউ খড়ে কাকে লাগু পাঈ।
বলীহারী গুরুকী জিন গোবিন্দ বতাঈ॥

—মহাত্মা কবীর

ইহান হান্না উরখি। অহানবা উরবমক্তা হংনরুবা হান্নরুবা লৈতনা অমদা অমগী খমোয় পীনখি। মিংকা মিংকা চা-নরুবদা অনিগী ফিভম অসি য়োরখি;—

লুদা চংবা লিলহাগুম মহি ময়াই চমখরে।
লৈথোকসিস্তু ঙমদরে লৈসিনবস্তু য়াদরে।
উতিংবগুম তুমিন্না তিংদম খম্ব রেংতুনা
লৈরে মজা ইবেম্মা হোয়রনি মাইনি হান্নখিদ্রে॥

*           *           *

লমজা খম্ব মথোঙদগী মকোকফাও
মতু চুংই, খল্লকই—'ফজরেদা মুরাসে।
মুংশিগ্রেদা করিনো!' ইঃ হায়বা য়াখল অদু
লোইনা ইমান মায়রে। করি'মতা ঙাংনদে॥

(শল শেমবা)

বস্তুনির্দেশননি হায়তুনা য়ারী অদু লোইনমক ইথোক তাক-থোকদবনি চায়বগী য়া থোইনা লৈতে। খজিক্কুং মওং অমা উৎলগা অদুম ময়াই। মথক্তী '—শৈরেং'দা পীরম্লিবা শরুক খরা অসিনা কাব্যগী য়ারী লোইনমক খঙহল্লি হায়রুবা নত্তে; মসিদা, তুংদা ওইরক্কদবা নায়ক অমদি নায়িকাগী মুংশিবগী অমদি মুংশিবদগী ওইরকপা য়াবা ফিভম খরগী মথৈদি খঙহনবা অমদি খঙবা ঙম্মী। নায়ক খম্বনা পিতং পাদংপা, মবুক থম্নবা শিল্লংবা লাকপা অদুগা নায়িকা ওইগদবী থোইবীনা হাইনা হন্না পাঞ্জৱিবী অমত্তা পোকপী মজাইবেম্মা। অনিগী মুংশি-লম্বেলদা

খুদোংথীবা লৈরোই হায়বা ঙমদে। অসুম্না রারী মপুঙগী মরীদা খরদং খঙংল্লিবা অসি বস্তুনির্দেশনগী মতাংনি।

'—শৈরেং'গী বস্তুনির্দেশন অসি মরিক চুম্না মতা চাবা হায়ব'ত্তদি থোক্কে। য়াওকম থোকই অদুনা কংদবা য়াদে হায়বা মতাগুম থিজনা পুথোকপা ওইনা তৌই। অদুমকপু মতাং খর য়াওরিবা অসিনা সংস্কৃতলোমগী মহাকাব্যরোমদা য়াম্না নকশিনবা হেল্লি।

ভরুকশুবদা ধর্ম্মচেনবা অকবা মীবু থাগৎপা ফত্তবা মীবুনা নিন্দা তৌবগী রাকয়ি। পাক-চাউবরা মীওইবা পুন্সীগী থোংলোকশিংগী রারী ওইবনা কাব্য অসিগী মফম মফম খুদিঙদা মতা চারক্লবা মতাংদা কাব্যকার অঙাংহনসু থাগৎপা অম'দ নিন্দা তৌবা হায়বদি থাদবগী বর্ণন তৌই। ফত্তরাখন থনবতনা মাগী মথৌ ওইরবা অঙোম নোংবানগী মমানি হায়বদা থাজফাত্রবী, ধর্ম্ম চেনবী খুরাইকৈমগী মচিন্দগী অঙাংহনলা ধর্ম্মগী মগুণ শক্তি ;-

ওস্তোকপনি চৌংবোই মীওইবগী ধর্ম্মবু
ঈশ্বরনা শেমবদা থৌজান হৈবা হায়বদি,
মাগী হায়বা খন্দবা অচুম্বতা উৎপবু,
এগী হায়বা নাইদনা মীগীদমক থনববু—
অথোইবা ধর্ম্ম ওইরবোই। (শামুখোঙগী বিচার)

অমরোমদা অমুক, অঙোম্গী ফত্তনবতা খনবা মাগীতা খনবা, মীগী অকবা থজিক উরুবদা মথরাই চাকচবনা লৈফম খঙরবা নোংবানগী মওং মতৌ উবদা নিঙোম্লাকপগী মচিন্দগী নিন্দানি ;—

.... .... নোংবাম নহাকথত্তনে মুৎকদোরে অঙোমসে।

য়েংউ শোইরোই কোংয়ানবা ··· ···

···· ···· ··· ··· ···

হয়াঙকৈনা নহাক্কে ধর্ম্ম লৈতে নহাক্তি

তুংনা কয়া পুংঙাই-রাই। ( লৈ য়েনবা )

শৈরেংশুবদা ছন্দগী মতাং নৈনরি। সর্গ অমদা ছন্দ অময়া শীজিন্নদবনি অদুগা সর্গগী লোইরমদাইদা অতোপ্পা ছন্দ অমদা ওনগদবনি। অসিদগী নত্তনা অতেপ্পা মত অমদা সর্গ অমদা য়ারীগী থোঙচৎকী য়েংদুনা মখল মখা অয়াম্বা ছন্দ শীজিন্নরম্মি য়াই। ছন্দগী রাকম অসিমদি '—শৈরেং'দি য়ারিবমখৈ থুম্বারে। পরেংগী অরোইবদা চৈতপ মায়বা, খোম্হোক ময়বা খর অসি নত্তনা সংস্কৃতকী ছন্দশাস্ত্রগী নিয়ম নাইবা ছন্দদি পংউ উত্রে। '—শৈরেংদা' শীজিন্নরিবা ছন্দসি 'মুক্তক ছন্দ' (হায়বদি Blank verse নত্রগা Free verse) হায়বা অদু ওইনা তোরে। ছন্দুনা মা-ডুনা থিরবদি অকরবা ছন্দ খরদি কংবা য়াই হায়বরু মহাকাব্য অমদা লৈগদবা মওংদা লৈতে। ছন্দগী মতাংদা অঙাংহলগী '—শৈরেং' অসিগী মতনি;—

··········· লাইরিকসিদ উরিবা

শৈরেংসিনা লেপ্পদি—খোম্হোক তরেৎ তরেৎনা

মতুপ অমা ওইবনি, স্বর হোনকম অমদা

মশীং অমা লোয়রগা, তাংকক নিপান নিপান্দা

পরেং শাবা শৈরেংনি, খ্বাইদৈ লাইবা মওংনি।

( কোম্লংদা হল্লকপা ৮ )

মণিপুরী সাহিত্যগীদি শৈরেংদা শীজিন্নরিবা ছন্দ মওং অসি য়াম্না শীজিন্নবা মওং নৈ। তশেংবদি ছন্দ শাস্ত্রগী মমুংদা য়াও-রবসু মণিপুরী পেনাদা শীজিন্নবা ছন্দ মওং অমনি। 'পেনা ছন্দ' হায়বা অমা লৈরবদি '—শৈরেং'গী ছন্দ অসি মতুমক্তি হায়বা য়াবা ঙাংনি।

নিপানশুবদা, মতাং মতাংদা মখল মখা অয়াম্বা পোৎলম-শিংগী বর্ণন য়াওবগী রাকম নৈনৈ। কাব্য অসিদা বর্ণন মতিক চানা য়াওরি। অহিংগী বর্ণন অমা অমম্না তৌবিরম্মী ;—

কোরৌ অহিং অচুগী প্রকৃতিগী মাইৎেোংদো
কেগে থারি লমজাওদা মালেম উফুন থাংদবা,
শংত্রিক শংবা উশিংনা মরাক অমা চায়দে,
পামেন মনা অমফাও। পাক্তুক শেন্তুক লম্পাক্লা
নাপী লেং-লেং চৎলম্মী। (লমজেল)

মাপলশুবনা উদ্দেশ্য হায়বদি লমথুংফমগী রাফম্নি। মহাকাব্য ইবগী লমথুংফম করিনো হায়বগী মরীদা মত কয়ামুক লৈ, খরনা হায় ন্নুংঙাইনবা ইবনি; খরা অমনা ঙায় কান্নবা ইনবনি। লোংপোক্লোমগী মততি য়াম্না পাক চাউই। মত অসিগী মতুংইন্না কাব্য ইবগী উদ্দেশ্যদি ফল মরি ফংনবান। ফলশিং অদুদি মথংশিংনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষনি। হায়রিবা ফল মরি অসি করিনো হায়বগী মরীদসু মখল মখা য়াম্নবা মত কয়ামুক উবা ফংই। (ফল মরি অসিগী মরমদা শন্দোক্লা ইরুবা

তাঁরবদি হেন্দোক্লা পাক—চাউথ্রনি।) শম্না হায়রবদা নায়ক অতুনা অতোপ্পগী য়াইফংবতা তৌদুনা করিগুম্বা নিয়ম অমগী মথাদা মপুঙ্গী লেনবা; মপাঙ্গল মথৌনানা মঙম কয়ামরুম জয় তৌদুনা ধন-লম য়াম্না ফংবা; তৌঙমদবা থবক কয়া পাঙথোকপা অমদি তোংনগুরকপা কয়াদগী এগী মীগী খায়দনা পুন্নমক্কী য়াইফনবা ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান্তনা মশাবু অমদি ময়াম্বু পেনহনবা অসিন-চিংবা অসিনি ফল মরি হায়রিবা অসি।

ফল মরি অসি কাব্য অমদা পুন্না লৈবা য়াদে হায়বগী রা কৈতে। মরু ওইবা অমা নত্রগা অনিদি য়াওগল্লি।

'—শৈরেং' দস্থ উদ্দেশ্য অমদগী হেন্না খন্দোকপা য়াই। অদুবু মরুওইবা রারী মপুমগী ওইনা য়েংলুরবদি 'অচুম্বনা মমৈদা মায় পাকই' হায়বা ধর্ম্ম অসিনা মরু ওই হায়বা তাই। অচুম্বনা করিনো অরানবনা করিনো; অরানবা হায়বা অমসু লৈরিবরা হায়বগী রাহং হংবা য়াই—লৌশিং চাউবশিংগী রাহংনি। মী-ওইবগী হায়বা ধর্ম্ম অদুদা পুন্নমক লোইনা লৈরবনি। '—শৈরেং' নস্থ মফম মফম চানা তাকলম্মী। অদুনা মহাকাব্য '—শৈরেং'গী উদ্দেশ্যদি ধর্ম্ম ফংবনি হায়বা তাই।

অসুম্না নোংপোক্লোমগী নৈনরোল কয়াগী মিৎয়েংদা য়েংবদা রাফম অমা অামদং হেনবা চিথবা য়াওরবসু '—শৈরেং' অসি মহাকাব্যনি হায়না ইকাই খুম্নফম ওই। রাৎপা হেনবা হায়ব' সিদি হোনবনি। হায়রিবা নিয়মশিং অসিনা অচুম্বা অমদি অশেংবা য়ুম্ফমক। ওইহৎগ য়াম্ন চেকশিন্না পরীক্ষা তৌবা তারবদি

বাল্মীকিগী অমদি তুলসীগী রামায়ণশিং অমদি ব্যাসনচিংবগী মহাভারতশিং অসি কাওবা চপ চাবা হায়ব'দুমক ওইদবা য়াই। অদুগা রামায়ণ মহাভারতপু মহাকাব্য নত্তে হায়বদি করিগুম্বা নৈনরোল অমনা য়ারোই।

নোংচুপ্লোমগী নৈনরোল মতুংইন্না— নোংচুপ্লোমদগী মমাংদৈ এরিষ্টোটলগী মতমদগী হৌনা ইপিক (Epic), হায়বদি মহাকাব্যগী মরমদা নৈনবা হৌখ্রবনি নোংপোক্লোমগী মতৌগুম মত কয়ামুক কোংদোক্লরকপা লেপ্লদ্রি। মতশিং অসি খরা হেন্দেক হেঞ্জিন তৌনবা য়াওবরগু চাউর কপা অমদি মায়বা ঙাক্লি। মতশিং অদুগী অশম্বা মচংনি মখা অসি;—

১। ইপিক নত্রগা মহাকাব্য হায়বা অসি য়াম্না পাকচাউনা শন্দোক্ল ইরবা ময়াম্না খঙনরবা য়ারৗনি (Narrative)

২। য়ারৗ অসিদা মীওই অমগী নাইতোম য়াথলগী মহুত্তা ময়ামগী জাতিগী ওইবা ঈচেল অমা মরু ওইনা লৈগদবনি। মসিদা জাতিগী ওইবা নত্রগা ওইবা য়াবা করিগুম্বা চিংনবা মুক্তবা হীরম অমা কোঙদোকই। (মহাভারত অমদি রামায়ণগী লালগুম্বা)

৩। মসিদা য়াওরিবা পাত্র নত্রগা নায়ক অদু য়াম্মক থৌনা লৈবা মপাঙ্গল কনবা মীওই অমা ওইগনি। মাইশিংগা তিম্ন-তাংননা লৈবা মীওই ওইনা তৌবা য়ারগু ওইগদবনি। 'সি তৌ; 'সি তৌগু হায়বনচিংবা থৌশক তাকপা অমদি লমজিংবগী থবক অসি মাগীদমক্তা লাইন তৌবিগদবনি।

৪। কাব্যগী মনুংদা য়াওরকপ মপুঙ ওইদবা মখা ওইনা

লৈবা অতে রারো মচা মচাশিংশু নায়কা মরী লোইনা লৈনহন-গদবনি।

৫। ইবগী শৈলী অদু য়াম্নমক রাংবা থাক্তী ওইবা 'অকল অথোংগী ছন্দ' হায়না কৌবা ছন্দ (Heroic-Metre) অসি শীজিন্নহনা ইগদবনি। মতাং মতাংগা চা নবা য়েংহনা ছন্দ শীজিন্নবা য়াই।

৬। মহাকাব্য ইবগী উদ্দেশ্যদি নীতি নিয়ম ঙাকহনবা ধর্ম্মদা মাইওনশিনবা অসি ওইগদবনি। অদুগা লোয়ননা অচুম্বা মশক খঙবা, খঙহনবা অমদি নুংঙাইবা হায়বসিনা অশেংবা কম-থুংফম ওইবা থোকই।

অসিগুম্বা নিয়মশিং অসি ইন্দুনা ইরবা ইপিকশিংবু মথল অনি থোক্না খায়দোকই— (ক) প্রকৃতিগা মরী লৈনবা নত্রগা প্রজা মীয়ামগা মরী লৈনবা মহাকাব্যশিং অদুবু ইপিক ওফ গ্রোথ (Epic of Growth) হায়না খঙনৈ, অদুগা (খ) কলাগা মরী লৈনবা অদুনা ইপিক ওফ আর্ট (Epic of Art) হায়না। হোমরগী "ইলীয়ড", বাল্মীকিগী "রামায়ণ" অসিনচিংবা মহাকাব্য-শিংসি অহানবা মথক্তীনি অদুগা "পেরেডাইজ লোষ্ট" নচিংবা অসিনা অনিশুবা মথক্তী মহাকাব্যনি।

( লোংপোক্লোমগী চৎনবীশিংগী মতুংইন্না '—শৈরেং' বু য়েং-বগুম লোংচুপকী অসিদম্ব য়েংবিবা য়ারে। )

লেংত্রবা ইচেলগী মশক ওইবা সাহিত্য অমদি সাহিত্যগী বিধা অমবু "—গদবনি" হায়বগী নিয়মদা কাক্তিন পুনশিন্দুনা

থম্বা অসিসু ওন্থোকপা য়াকয়ি। অমঙোমদা, নৈনরোল অসিদি কাইনথংদা থোকচরকপনি, সাহিত্যনা হায়না লৈপ্রবনি। হায়না ইরম্বা মহাকাব্যশিং, চাউরাক্লা অয়াম্বা পারগা ভোয়ন য়াওবা মায়বা শরুক থরা লৌখৎলগা নিয়ম ওইনা শেমখিবনি। চৎনবী হায়বা অদুনি। চৎনবী হায়বসিমক্তবু মফম অমদি মতমগী মথা পোল্লি। হোমরনা ইলীয়ড ইরিবৈ বাল্মীকিনা রামায়ণ ইরিবৈ মতমগী চৎনবী অদুদি চহি চা কয়ানা ননশিনখ্রবনি। অঙাংহুলদি কুনশুবা শতাব্দীদা পোকপনি। ইবসু মতম অসিদা ইবনি। মরক অসিদা চৎনবী কয় হোৌনবী কয়া লাকখ্রবনি মাঙখিবসু কোঙ্গায়নি। মফমগী কায়রা নোংপোক্তা নোংচুপকনি; অদুগা লৈমরিবনা লৈরক অমগা শৈশক অমগা।

ঙসি ফাওবগী মতৃংদা ইনরক্লিবা, অনৌবনি গায়বা য়াবা মহাকাব্যশিং অসি য়েংলগা অনৌবা মওংগী নিযম থরা, শাবদা সুংঙ ইনবা, তপ্পদা মতা চা-নবা, থম্মরগা শেমদোকপা করবনি। ভোবতবু নোংমদা থোক লোইথোকপা য়াবা হীরমদি ওইদ্রে। অদুগা য়াকম অমনা কজবা, সুংঙাইবা অমদি অকবা হায়বা অসিদি মতম অমদি মফমা মশক পুমওল ওলহনবমক্তি ভোদে। মতম অমদি মফমদা থেম্বা য়াবমথৈ থেম্মরবা 'পেরেডাইজ লোস্ট' কা 'থম্ব থোইবী শৈরেং'গা মায়োক্নমা হেক্তা থেম্মখিবা হায়বদুদি থোক্লোই। মায়দবা থরা য়াওবসিগীদি মী অমগা অমগা থেম্ম-রিবা অসিনি। অদুগা মতমা অমদি মফমা য়াদ্রবনি হায়দুনা শুকমান মায়খিদবা তায়বদি 'মমিং' অংতদা লৈবা মায়ব মত্রগা

# 'ভাগ্যচন্দ্র নাটক'

## ( Inductive Criticism )

'ভাগ্যচন্দ্র' নাটক অসি ঐতিহাসিক্নি ; মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র অসি ইতিহাসকী অশেংবা মীওইনি। চুম্মে হায়না লোনরবা নিংথৌরোলগী য়ারী ওইবনিনা য়ারীগীদমক্তদি নাটককার থোইনা য়াথিত্রবনি। থোদোকশিংস্থ ইতিহাসতা ময়েক লাংনা য়াওবা ঙাক্তনিনা থোইনা থল্লু লাক্লুত্রবনি। অদুগা তশেংনা হায়রবদা য়ারীলিশাং ( plot ) শেমজিনবদি নাটককারগী লৌশিংননি। য়ারী ( theme ) হায়বগা য়ারীলিশাং ( plot ) হায়বগা থরদি খেন্নে ; য়াম্না খেন্নথিববুদি নত্তে, অদুম্নদি ওইরবদা মখোয় অনি অসি অমত্তা নত্তে তোঙান তোঙানবনি হায়বনি। ভাগ্যচন্দ্রগী য়ারীনি ;—

'মোইরাং নিংথৌ খেলৈম্বরা তেনহৈবনা মৈতৈ নিংথৌ কার্তাদা লম নিরুই। লম পীরক্তে। খেলৈনা অহিংদা লাল হোরে। কার্তা কোম্বং থাদোক্তুনা চেল্লে। তেথাওদগী লাম্মী থোম্নগা অমুক লান্দারে। খেলৈ মায়থীরে। কার্তা নিংথৌ থুভম অমুক হঞ্জিল্লে।' অদুগা য়ারীলিশাং হায়বনা ;—

'লম নিরে। লৈবাক্কী নিয়ম্না য়াদবদগী কার্তানা লম পীত্রে। ইকাই ইকাই হনখিবা মুরাদা মাগী মুপী লাইশ্রবীনা মাইবী লাইকাওদা থাজহন্দুনা লান্দানবা হৈনশিল্লে। অরানিংথৌ হোৎনুনা লালহোরে। শেমশাহোদবদগী কার্তা মায়থীরে ; অহিংদা য়ুম

অমদা ভাইহাক পোথ'রগা চীং মাম কয়া লান্দুনা তেথাও তাম্রা চেক্লে। থেলৈ মণিপুরগী নি'থৌ ওইরে। তেথাওদা ভাগ্যচন্দ্রবু থাজদবুনা শামু ফাহল্লে। মতুংদা কুরঙ্গনয়নী পীদুনা রাজেশ্বর মমাক ওইরে। মী থোমদুনা কার্তানা লান্দারে। লাল অসিদা থেলৈ মী রাৎপদগী মায়থোরে, শিরে।'

হায়বদি রারী হায়বনা থোদোক খরা মথং মনাও নাইনা থম্বর্তনি অদুগা, রারীলিশাং হায়বনা মথং মনাও নাইনা থম্নবা থোদোকশিং অদুগী মরক্তা অচাবা মরম কয়ামুক্তা শমজিন্নহনবা অসিনি। বিদ্বান ই. এম. ফোষ্টরগী মতম্* অসিমক্কি।

নাটককার দরেন্দ্রজিৎকী রারীলিশাং ফজদে হায়বা য়ারোই। থোদোক অমা লৈরে; লৈরিবা থোদোক অদুগী পীরিবা মরম হায়বদি থোদোক অদু করমত্তোনা থোক্লক্লিবনো; মদুগী অমুক ফলবা করি ওইহনগদোরিবনো হায়বগী মরম অসি খরা অমদি নীংথিজ্জ, রারীগা মতা চানৈ; অওইবমক ওইরবোই নীংই; অদুগা খরা অমদি করি ওইহনসিগে হায়দুনা খনবমথৈ খল্লগা মত্তা চাবা থোকলক্তবদা খরা নক্লবা মানগদোবোই নীংবা খরা কোক থমজিনবগী মওংদা লৈ। তেনইহবনা লম নিরুরে ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদগী; পীরক্তরে মরমদি;— "ভাগ্যচন্দ্র— হন্দকী রাসি ঐনা নিংথৌনি হায়দুনা ইনিং তৌবা ঙম্বা রাকম থোক্তে। মামবু য়েংলুরবদি য়াম্ন পীনীংই, লৈবাকী য়েংলুরগা পীবা ঙমদে।"
(১বা অঙ্ক/১বা উৎপা)

---

*Plot— a narrative of events, the emphasis falling on causality. E. M. Foster.

য়াম্না চুম্বা য়াকম্নি। নিংথৌ অমগী অশেংবা য়ারেপ্নি। লৈবাক অসি নিংথৌগী নত্তে নিংথৌ অসিমক লৈবাকীনি। মাগী খোৱাং পূন্নমক লৈবাকীনি। অচুম্বা পাম্বা নিংথৌ অমগী মতিক-চাবা য়াঙাঙনি।

নিরুরে, পীরক্তরে। মসিগী ইকাই খুংশি য়ায়ৎনা মথরাই য়াম্না হুংঙাইতনা হল্লকপগী অতুদা খোই মহুমদা চৈনা কক্ কক্ থিনবগুম লাইশ্রবীনা মৈতৈগী সিংহাসন ফংবা য়াবগী মরম পী-শিন্দুনা খেলৈবু কত্ত থোরমদা থোগৎলি। মিহৌচাউবী, অচাউরম কাবী নুপীগী চক্রিনি। নুপীগী অন্ধবিশ্বাসকী মরৈদা চপ লেপ্নগা মথৌনা লৈবা মরিংজেল থা-রবা মপুরোইববু খুদোম্বীদা লৈদুনা পুনিং পুনি'বা মাইকৈদা পুগে থোৱাংই ;—

"লাইশ্রবী— প্রেমনা হায়বা য়াদ্রবনিনা মৈতৈ নিংথৌ মশা লাক্তুনা চিংথবা হায়সিঙাই, সিংহাসন মুনসিঙাই। চুমখ্রেদা মাইবীগী য়া ; লম পীরুবদি কদায়দগী নিংথৌ ওইরুগদগে ? শোয়-দ্রেদো সিংহাসন, মৈতৈ নিংথৌ শোয়দ্রেদো, লাইগী য়া চুমখ্রেদা।"

(১বা অঙ্ক/২বা উৎপা)

জ্ঞান ইতামক তাদবা খেলৈ নত্তে। রাজনীতিগী মায়োক্তা খুৎলাই থাক্সৎত্রিঙৈদা খলহোদবা নত্তে,— "খেলৈ— অহুবু থবক অমা তৌরবদি ঙম্বা ঙমদবা অমদি শোয়দবনি-- হুন্নবদি ফৈদো করিঙম্বা ঙমদ্রবদি— ইবানিগী তুংগী জীবন মকম খঙদনা অরেম্বদা মাঙবা .... .... ...." (১বা অঙ্ক/২বা উৎপা) অহুবু কল্লবা থমোয় চেনবী, মিহৌবনা অচুম্ববু নমহৎখ্রবী লাইশ্রবীগী চক্রিদা খেলৈগী

লৌশিং মতু শোম্হখি, মাঙ-তাকপগী মোংফম্লোমদা খোঙ থাংজিনখি। খোঙফম অসিগী লমজিঙদা চৎখিদুনা অকং অকংবা, ঐগী মীগী থাকখিদরে, লৈরম লৈরম্বা মীগী ঈথেঙতনা মশাবু হিংচা য়াইতমহনগ্রে। লাইশ্রবী অসিগী থোরমশিং য়েংলুরবদি শেক্সপীয়ারগী 'মেক বেথ' লীলাগী 'লেডী মেক বেথ' মক্তা ওথাকু মাইগে। ইংলিশকী শিক্ষা নাংথিনা ফংগ্রবা দরেন্দ্রজিৎনি 'লেডী মেক বেথ' থেংনরুরবা মতুংদা মেক বেথ কুম্বা অরা পোলোই লীলা অমা ইগে হায়না ইরম্বস্নু য়াই।

লীলাগী অরোইবা মতাংদা খেলৈন্দ্রবাবু ভাগ্যচন্দ্রগী মখুৎমক্তা হাৎহল্লমদচুনা মাগী মী ওইনা লৈরম্বা চন্দ্রসিংনা হাৎহনখিবা ফজবা মরমনি। ভাগ্যচন্দ্রবু ময়াম্না নিংথৌ ওইজরবস্নু বৈষ্ণবনি, ঋষিনি হায়না থাজনৈ। বৈষ্ণব অমনা থাংনা মী অমা হেক হাৎপা, হাৎহনবসি তাবা অমদি য়েংবদা মুংঙাইরোই; তৌবগীবুদি নিংথৌ ওইরিবনি, রাজনীতিগী মিৎয়েংদা য়েংলবদি নিংথৌ অমনা মাগী লৈবাক কম্বা লাক্লবদা য়েক্লববু হাৎপদি পাপ নত্তে পূন্যনি হায়না লৌনরিবনি। অত্তুম্নদি ওইরবদা শ্রীগোবিন্দগী অশেংবা ভক্ত অমনা মমাগা পোকমিন্নবা মামবু হাৎহল্লমদবা মওং অসি দরেন্দ্রগী লৌশিংনি। খেলৈনবু হাৎপা ওম্নবা অমদি য়ানবা হায়দুনা চন্দ্রসিংবু মাগী অথীবা রাহৈ অমদি মথরাই নাবা লমচৎ শেমলকপা অসিস্নু নাটককারগী হৈশিংবা মওংনি। চন্দ্রসিংবু শাউহনবা, শাউবনা থম থেংহনবা খেলৈগী য়াঙাং অমস্নুং লমচৎনি;—

"খেলৈ— …পাপী! ইনাও হাৎপা। ( চন্দ্রসিংবু ঙকথী চপতুনা ) নঙনা ঐগী ইনাও হাৎপা। যাদববু নঙনা হাৎপা? পাপী। হুই! ( খোঙপাক্তা কাওবা অমসুং চন্দ্রসিং তুবা ) লৈ-রমখো নঙ নঙক অতু থস্নুনা ঙৈ লোৌখিগদবনি… ।"

( ৪বা অঙ্ক/২বা উৎপা )

ফজবনা মায়োক্তা লৈখিবা তাৱবদি মরুপ্না য়েক্নবদগী হেন্না শাথি। ফনরিবৈ চান্নরিবৈ ফরস্মী; ফৎলক্তুবা য়েক্নরক্লবা মতাংদদি লুনা চান্না তোৌরম্বা খেলৈগী মায়োক্তা চন্দ্রসিং ক্রুং শাউরকথি;—

"চন্দ্রসিং— পাপী! মানা হাৎলু হায়দুনা হাৎলগ; হৌজিক ঐবু কয়া থীনা তোৌরম্বা? নঙগী ঈনা নিতাইমাগী অরোইবা তর্পণ তোৌগে… ঐ ঙাওরবনি। অঙাওবনা অফ-ফত্ত খঙবরা? মী হাৎলগা লুংঙাইমি। মী হাৎলগা পেনখিনি। নঙগী ঈস্নু লোৌখিনি, নঙবু হাৎখিনি; নঙবু হাৎখিনি; নঙবু হাৎখিনি। ( চেনখিবা )"

( ৪বা অঙ্ক/২বা উৎপা )

ৱাঙ্গৌলিশাংগী মতাংদা মত্তা চাদবা থরস্থ অদুম মরৈ। অহানবমক্তদা লাঞ্জেনবদা ভাগ্যচন্দ্রনচিংবা ময়াম্না চন্দ্রসিংগী মমুমদা অহিং অমা লেনগে চঙই। চন্দ্রসিংনা নমদুনা নিংথৌ কাগে, মনা চাউনা ফংগে হায়না শীন্নম্বা শরোৌনি খঙলক্লদুনা খেলৈগী মনাওমুপা যাদবনা যুম অদু থাদোকপীরো হায়রবে। থাদোক্তুনা অহিং অদুদা ময়াম চংগ্রে। চন্দ্রসিংনা হরাও হরাও লাকপা মতমদদি লৈরমদরে, নিংথৌগী মহুত্তা যাদব ইমুংদা লৈরম্লে।

শাউরদুনা চন্দ্রসিংনা মাগী মুপীবু চিংনবা মিৎয়েংদা য়েংবগী রাঙাও থরা ভাঙলে। চন্দ্রগী মুপী সতী অদু মুংঙাইত্তুনা ইমুংদা চঙখ্রগা থুদক্লা শিরে। রা থরা 'মুখ ভাঙলমদগী "ঐ চৎলে" হায়দুনা চঙশিনদা মঙাইরি. চন্দ্রগী প্র-প্রপ্ মতুং ইন্দুনা তাইরে। ইমুং হেক য়োৎপা চন্দ্রসিংনা শিরে হায়না হেক্লা লাউরকই। করম্বা উপায় শীজিন্নখিদুনা চঙ-চঙ লাউরিবা মী অমবু মিকুপ থরগী মঙুংদা পুংশি হেক্তা শিরিবনো থনবদা ঙক্কবা ঙমদে। অদুগা ফরে মদুমক্ত ওইরে; মঘাক কনখ্রবা হু অমা চাবনি হায় করি তৌই হায় চুম্লো, অদুগা চেমা মতা চাত্রিবা অমনা মাগী মুপী শিরে হায়ত্তনা রাগে নত্রগা থঙশাউ শাউরক্লুনা যাদব অদুবু হাৎকে তুপকে হায়বদি লৈত্রদুনা মাগী য়েক্লবা, মাগী কুপী অদুগী অরোনবা মপুরোইবনি হায়দুনা তনা-তনা চৈবিখি-বতা ঙাইরিবা যাদব অতুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রুই;—

"চন্দ্রসিং— যাদব। যাদব, ইবুংঙো! লাউনে নিঙ্যাইনা শিরেমে, অশিবসি শুমাংদা অমুক্তা পুথোকমিন্নসি, নত্রবদি মুখ মাংলে হায়দুনা মীনা হায়বা তারে.... ইবুংঙো নঙবু সাধুনি হায়রে, মা তাকথোকপিগন্নকে...." (১বা অঙ্ক/৪বা উৎপা)

মতাং অসিদা য়াম্না মওং অমা ওইনা থোক্লিবদি মী অমা শিববু চন্দ্রসিং অদুনা তৌরিবা য়েনঙুম্বা, হোদোংঙুম্বা জীব অমা ইমুংদা শিরম্বদু মঙাই— ওন্থোক্লা য়াংনা লোই। চকুমচেৎ উয়ান-মচেত্তুগী হোদোকমিন্নরক্লবা, মচা মতু তাহুনা পামজরক্লবী মাগী কুপী শিববু লৈরংদা হুই-গা শিজন্নম্বদু মঙাই। মসিদি মতা

চাকাণ্ডে, তাবা অমদি য়েংবদা মহৌশা ( Nature নত্তবা মাল্লি। তৌবগীবুদি থাগৎ রাহৈ অমদা খঙরাং য়াংবা, মুংঙাইতবা খোনকম অমদা আ-ভাম্না হেক্তমক কুমথবা থমোয় চেনবা মীতালি চন্দ্রসিং হায়বসি। অদুমকপু জীব অমনা অতোপ্পা জীব অমগী থরাইবু ইকাই খুম্নদবা মাল্লি।

অসিগুম্না, লীলা অসিগী মতুংদা 'চন্দ্র কবি' হায়বা পাত্র অমা য়াওরি। পাত্র অসিবু নাটককারনা কবিগী হাপ্লিবনো থম্মনিঙাইনি। চন্দ্রকবি অসি লীলাগী রারীদ অমদি রারীলিশাংদা কবি কাম্নবা তৌরিবনো থমবদা মন্মী। হোয়, হাপ্লিংদুনা হাপ্লনি হায়বগীদি কনাগুম্বা পাত্র অমত্তনম্ম মাই হায়রোই। অদুবু শুমাংলীলাগুম্বা তয়াং তয়াংবা লীলামক নত্তবনিনা অরেম্বদা মতম অমদি মফম মওংহনবদি অশেংবা অর্থদা নাটক অমগীদমক্তদি চাকময়া থোকই। চন্দ্রকবি অসি মচেৎ মচেৎকী ওইবা মতাং অনিথক্তা সুপ্নগী অচুমলক্তমক থোকলকই, অচুমলক্তং থোক্লক্নম্বা অসিদম্ম লীলাগী রারীলিশাং চথরকপদা কবিগুম্বা কাম্নবা অমত্তা তৌরম্বা উদে। থোক্লকপা খুদিংমক্তা ফাগিফারাংগী ওইবা ব্যাখ্যা থম্না পীরম্লগা তোকখি। লীলা চায়বা অসিদদি পাত্র খুদিংমক, পাত্রগী রাঙাও খুদিঙমক অর্থ য়াম্ন লৈগদবনি। চন্দ্রকবি অসি অর্থ থোইনা য়াওদে। অশেংবদি নাটককারনা লীলা পরিং অশুম চথরকপদা বিদূষক* অমা হাপ্লগা

---

*বিদূষক হায়বদি সংস্কৃত নাটকশিংদা চৎনরম্বা নায়কী চাম্নরবা মরুপ্নি ফাগিফারাং তৌবনা মাগী মথৌনি। চাগনূ থকৃকনবগী গুণ অসি চেল্লি। খুদম ;— "অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" গী "মাঢব্য" পাত্র।

ভাবোকপু ঙাইহাক ন্নোকহন্দুনা পোথাহনগে হায়বগী মতানি। মুকলৈ লৈতবদগী খরা লৈবননি মথে। অদুগা হৌরম অসিদা নাটককার মমায় পাকখি হায়বদি য়াফাত্তে।

রাজেশ্বর তেখাওগী নিংথৌনি। মানা চওজরক্লবা মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু শিজখিবা থোক্লগা শিজগ্রসম্নু হায়বগী য়াখলদা শামু-লমশা অঙাওবা অমা ফাহনসি হায়বগী শক্লৌ শীনবা য়াও-রুই। অমুকম্নু, নিংথৌনা কুরঙ্গনয়নীবু নুংশি থোয়দাক্লয়ে। পাম্মী হায়রুয়ে। কুরঙ্গনয়নী হায়ফেৎ ওইনবদগী মৈয়ৌ খজিক্তুং হেঞ্জিল্লুরে। রাজেশ্বর নুংঙাইতয়ে। কুরঙ্গনয়নীগী মপা নিংথৌদা য়াম্নমক লাল্লুয়ে হায়না খল্লে। খনফমম্নু থোকই। ঙাকপিয়ু হায়না কুরঙ্গদা হায়জরুই। ওইনচাউবী রাজকন্যানি, য়েংদ-শিন্না মিৎলাওবীগী ফিভমদা লেপখ্রে। মরাল অসি করম তৌনা কোকহনসিগে হায়বগী উপায় খল্লে য়াম্না থিয়ে নাটককারনা। মমৈথংদা রাজেশ্বর মাগী হেক লৈজবা অপুম্বা ভাগ্যচন্দ্রদা লোইনা কথোক্লে ;—

"রাজেশ্বর —.... ঐগী সিংহাসন অসে, থমোয় শেংনা ঙসি নঙগী চয়ন্দা কৎচরবনি। মতিক্তি চাদে অদুবু থমোয়গী থোরকপা দাননি খনবিয়ু লৌবিয়ু।". (ওবা অঙ্ক/ওবা উৎপা)

চাউথ্রবা দাননি ; নুংশিবগীদমক্তা ওইজবা অপুম্বা থাদোকপা ঙম্বা, নাটককারগী আদর্শনি। অদুবু মতাং অসিদা, নিংথৌ অমনা মমামবা, অহোয়নহুম চওজরক্লবা নিংথৌ অমগী মফমদা খজিক্তুং লাল্লুয়ে অমদি নিংথৌ অদুগী রাজকন্যাবু পামল্লুয়ে হায়বগীদমক

লৈবাক দাম ওইনা থোক হেক তৌবদি মতা চাদে। সিংহাসন হায়বা অসি নিংথৌগী মরম্লাই মরল নত্তে। অসোমদা খেলৈনা লম মচেৎ খজিক্কুং নিরুবদি রাক-মুংজু থোক্কুনা লৈবাক কাং-খোং চাইনরি ; অদুগা 'সোমদনা নিংথৌ শুভম কোক কখোকপা অসিদি হোয়, চারোই খঙনা তৌবা বার্তৌন্দি ওইরগা য়াই হায়বদু ভাগ্যচন্দ্রনা কোক লৌরম্লবদি প্রজানা করি তৌরমগনি। মুংশিবগীদমক্তা পূম্নমক তৌবা ওমথিবা অমর প্রেমীশিংগী য়ারী লৈতবা মণিপুর অমদি ভারত নত্তে। অদুবু য়ারীশিং অদুদি য়ারীনি নত্রগা ওয়্থোক্লা কুইরবা অথরবা থৌদোক্নি ; অদুগা ভাগ্যচন্দ্র অমদি রাজেশ্বরগী মতম অসিদি নোংমৈ শীজিন্নরবা মতমনি ; লৈবাক কখোকপদি লায়রী মুনগদবগী অচেৎ-অকোম য়েংদুনা লৈবা মতম্নি। লৈবাকী অমদি প্রজাগী খনবা রাজেশ্বরগুম্বা নিংথৌ অমনা মাগী লম্লাইগী মুংশিবা অপাম্বগীদমক সিংহাসন কখোকপদি, আদর্শগী হায়রুরবদি কজৈ হায়রবদু মতা চাদে। খজিক্কুং চাউনা হেনজিন্না হায়বা 'অতিশয়োক্তি' হায়বা অলঙ্কার অদুগী অর্থদা লৌরগা রাজেশ্বরনা কুমঙ্গনমনীবু অম্নপকী মতিক মুংশি পামজৈ হায়না লৌথোকপম্নি ময়াই। লীলা হায়বসিদি পুন্সীগী অওইবা চৎনবীগী অশেংবা মমিনি* হায়নরিবনিনা য়ারিবমথৈ মহৌশাবু য়াম্না ইকাইখুম্নমা চৎপা তাই। য়াদবু অসি লৈ হায়বা য়ানি। মতাং থম্না অসিনা হায়না চাউদুনা

*Drama is a copy of life, a mirror of custom, a reflection of truth. —Cicero.

লৈরবা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মগুণ হায়রনি লোয়নবা রাজেশ্বর অমদি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ অনিগী মরী চেৎশিনবা মওং নাটককারনা তাক-লম্বনি। সিংহাসন কথোকপগী ব্যাখ্যাদি নাটককারনা শন্নম্না পীরম্মী ;—

"নিত্যাই— পরিংদি চুয়ে। প্রেমগী মরুদি ত্যাগনি। চুম্মীদা শাস্ত্রগী রা, শাস্ত্র লেংবা মনা পীনিংই। (৩বা অঙ্ক/৩বা উৎপা)

'ভাগ্যচন্দ্র' লীলাগী নায়ক (hero) কনানো? হয়েনবা য়াবা রাকয়ি। নায়কি হায়না লৌবা য়াবা মীওইসি অনি লৈ— ভাগ্যচন্দ্র অমদি খেলৈঙ্গনা তেনহৈবা।

নোংপোক্লোমগী চৎনবী অমদি নৈনরোলগী মতুং ইল্লুরবদি ভাগ্যচন্দ্র অসিমক্না নায়ক ওইকম থোকই; খেলৈগুম্বা লৈবাক্তী অমদি লনাইগী মাঙনবগী মশক ওইবা, মরিল চুমদবা মী অমনা নায়ক ওইবা য়াদে— অস্থম্না লৌনৈ। নায়ক অমা ওইবা তারবদি মীশক অদু অচৌবা শাগৈগী মীওই অমা ওইবগা লোয়ন লোয়নবা মওোন্দা মশক মতৌ কজবা, ওইজবা থাদোকনবা, হৌরম পূন্নমক্তা থৌরম খঙবা থৌশিল হৈবা, রাঙাঙ কজবা, ময়াম্না অমদি ময়াম্বু ফুংশিবা; মপুকচেল শেংবা, ইরাংগী মতমদা ময়াম্বু ফাবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা, পুকচেল চাউবা থমোয় রাংবা, রাখল চেৎপা, ঈংবা তন্না অসিনচিংবা মগুণশিং অসি মরু ওই।* মিৎয়েং অসিদা

*নেতা বিনীতো মধুরস্ত্যাগী দক্ষঃ প্রিয়ম্বদঃ।
রক্তলোকঃ শুচির্বাগ্মী রূঢ়বংশঃ স্থিরো যুবা॥
বুদ্ধ্যুৎসাহস্মৃতিপ্রজ্ঞাকলামানসমন্বিতঃ।
শূরোদৃঢ়শ্চ তেজস্বী, শাস্ত্রচক্ষুশ্চ ধার্মিকঃ। —'দশরূপক'

য়েংলুবদা ভাগ্যচন্দ্র মস্তবা নায়ক ওইবীনবা মী লীলা অসিদা য়াওদে। মরাম্বা খঙনরবা ইতিহাসকী মীওইনি। ইরৈবাকপু য়েকবগী মথুঙগী কনবা হায়রবসি লীলা 'সিগী লমথুংকম্রি হায়না লৌরবদি কনবগী থবক অসি তৌরিবা মীশক অসি ভাগ্যচন্দ্রনি, লমথুং-কমদা কল কংলিবা মহাক অদু নায়ক নত্রগা নেতা হায়রবনি। নাটককার মশামকম্সু ভাগ্যচন্দ্রমক্তা নায়ক ওইগদবনি হায়রবা য়াই। লীলাগী মমিং থোনবদস্সু নাটককারগী অশেংবা মত উবা ফংই। অদুগা নোংচুপ্লোমগী মওং য়েংলুববদি খেলৈম্বুরা অসিস্সু নায়ক ওইবদা কায়দে নোপ্পে। লীলা অমগী নায়ক ওইবা হায়রবদি লীলা অদুগী খ্বাইদগী মরুওইবা মীওই হায়রবগুম্বনি। লীলাগী থৌদোকশিং অদুগী মরুওইবা শরুক য়ারিবা, ৱারীলিশাং অদু মানা পুদুনা চৎপা, অহোবদগী অরোইবা মতাং ফাওবদা ৱারী অমদি থৌদোক মখা চথহনবদা খ্বাইদগী চাউবা শরুক য়ারিবা মী অদুনা নায়ক ওইগদবনি। হায়রিবা ৱাফম অসিদি নোং-পোকস্সু য়াবনি। নায়ক অসিবু সংস্কৃতগী নৈনরোলদা 'নেতা' হায়না কৌই। 'নেতা' হায়বা ৱাহৈ অসি 'নী' হায়বা ধাতু (root) অদুদগী থোক্লকপনি; ধাতু অসিগী অর্থনা 'পুদুনা চৎপা' হায়বনি অদুনা ৱারী নত্রগা থৌদোকশিংবু কল ফংকম লমথুংকম তান্না পুদুনা চৎলিবা মহাক অদুবু নেতা নত্রগা নায়ক কৌনৈ।

লীলা অসিগী ৱারী অসিমক অহানবমক্তদা খেলৈম্বুরানা থৌদোকই মানা খুংমাবনি; ভাগ্যচন্দ্রদা হায়রুই;—

"....নয়াম্বুংনা পাল্লিঙৈদা য়ামনা লম অহুমলক" নিদো অদুবু পীরম-দনা নোঙ্গাখিবনা হানখ্রে। অদুনা ঙসিদি ইমহাক্কী মফমদা লম অত্তু অমুক নিজরগে। ( ১বা অঙ্ক/১বা উৎপা )

লম ন্দিক্রে; পীরক্তরে পীরককম থোক্তখনা। পীরক্তরে হায়ত্তুনা খে'লনা তুমিন্না ইকাই খুংশি য়ান্নত্তুনা ফুমিন্না লৈথোক্ল-ম্লবা; লীলা অসি ওইখ্রে। অদুবু লাইশ্রবীগী থোইনশিন ফংবদা হান্নবা মরাল লৈবা নুপাখিনা ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্তা লাল হৌই। লান্দা হৈ-শিংদবা খেনৈ নত্তে, করিগুম্বা মওং অমদা মমায় পাকই। ভাগ্যচন্দ্র চেনখ্রে, নুপী অঙাং পুত্থুনা; লৈবাক মুলহোরে। নিংথৌ ওইরে; ওইফম থোক্তে করম্না হায়গনি? লাল তৌবা লৈবাক লোবা হায়বা অসি চৎনরক্লবা নিংথৌগী মথৌনি। অশোক, হর্ষ, অকবর পুন্নমক লাল অমদি মুন্নবগী থৌদাং য়াম্না তৌখিবা নিংথৌ ঙাক্লি। তৌবতবু খেনৈ থন্না লানখিবনা নিংথৌ ওইরে হায়বত্তু মঙাই ঙাইহাক্কা ঈংথবা ওপখিদে। য়েক্ল-তিন্নাংনা নোংম নোংমগী শৌ শাবা 'সুম হেঞ্জিন্নকই। অদুবু খেনৈ হৌক্লবা থবক্কগী মায়ওন্দুনা চেনবা পাণ্ডবা নিংথৌ নত্তে লাইশ্রবীগী থৌনা খক্তিক ফংবদা ঈখেঙ মহাও থঙগ্রবা শাহিং চাবা শাগী মতৌঙ্গুম খেক্লকথি:—

... ...."ঐ হিংচাবনি। সিংহাসনসে হিংচাবগী ফমফম্নি। সিংহাসনগীদমক য়ানখিনি, হাৎখিনি, লৌখিনি ঈ। থকখিনি ঈ খোবোম থন্না; ঈনা চকচাংসে ঈরুক্তখিনি। লাইবক্কা ঈগী মপাংনা চন্দন ওইনা থিনখিনি ... .... ।" (২বা অঙ্ক/৩বা উৎপা)

অঙ্গুম্না য়ানখি, খোবোম থম্না ঈ থকখি ; মবাওগী ঈখোংতনা সিংহাসন লৈতেংখি ; শাগৈ নাতৈগী নঙশীল্লবা ঈতনা চন্দন ওইনা থিনখি।

রায়ীগী অহোবদা খেলৈনা মরুওইবা শরুক য়াই। ময়ায়-রাইগী থৌদোকশিংগী ময়ম খেলৈনি। অরোইবা মতাংসু খেলৈগী রায়ীনি ; হায়বদি খেলৈ হেক লৈত্রবদগীদি লীলাগী রায়ী লোইরে। ধর্ম্ম চেন্নবা কার্তানি ভেখাওদা শামুলমশা ফাখিবগুম হিংচা য়াইতম্নবা মামবুসু নমহুনা ফাখি। মীদি অশেংবা মীতনা মশক খঙবা হৌনশানি। মাগী ছীরম খুদিংমক্তা শাথীনা য়েরুবা ওইখ্রবা খেলৈ শিবা মতাংদা ভাগ্যচন্দ্রগী মচিন্দগী থোক্লকখি ;—

..........“হে বীরবর। নঙগী থৌনা জগত্তা পান্দমনিঙাই লৈতে। নঙগী অইন কনবা জগত্তা কনা অমত্তবা তানবা ঙম্মোই। নঙগী শুভমসে জগৎকী কলঙ্ককল্লি। নঙগুম্বা মীগা য়েরুবদি ভাগ্যচন্দ্র ঐগী ইরাইবক কবনি।” (৪বা অঙ্ক/৭বা উৎপা)

খেলৈনা লম নিরমদ্রবা ; পীরক্তে হায়দুনা লাল হৌদহুনা ভুমিদা লৈথোক্লম্লবা ; মাগী য়েরুবনি হায়না হেক, চুম্বু চুমদ্রবসু চুম্বু চুম্লবসু হাংলমদ্রবা অমদি নিংথৌ ওইজহুনসু মাগী মীনি হায়বা লৈরক্ত্রবা ফাওবদা লাল্লে হায়দুনা মরাল য়াজবগী মহুত্তা থৌনাগা লোয়ননা ভাগ্যচন্দ্রবু হাংক্কে ভৌরমদ্রবদি নাটককারগী লীলা অসি ওইরম্লোই। লীলা অসিদগী খেলৈ অসি লৌথোকখিবা তাব্রবদি 'ভাগ্যচন্দ্র' অসিদা করিসু লৈহৌরোই। অহুনা নায়ক অসি খেলৈম্বুরা তেনহৈবনি হায়বদা কায়দে।

নায়কা ভাগ্যচন্দ্র নত্রগা খেলৈ ওইবা মতমদা নায়িকাদি অনিময়ক্তা লাইশ্রবী ওইকম থোকই। লোংলোকীদি নায়কী মুপী নত্রগা চান্নবী অচুমক নায়িকা ওই হায়। অচুনা রাণীদা থোইদোক্লা মরু ওইত্রবস্থ নায়কী মুপী নত্রগা চান্নবীবু ওইরবদি নায়িকানি হায়না হেক্তা লৌনরম্মী। হৌজিক্তি নিয়ম অসি থরা কোমথোক্লরক্লে। শম্মা হায়রবদা রাণী অহ্ন মথং মথং পুথংলক-পদা খ্বায়দগী চাউরবা থোদাং য়ারিবী মুপী অমবু নায়িকানি হায়না য়ানবা হোরে। লীলা অসিদা থোদাং য়াম্না পুরিবীদি লাইশ্রবীনি। চুম্মী মুপী অসি ওন্থোক্লা কৎথিত্রবী হিংচা য়াইতম্বী মুপী অমনি। ওইজবা তানবদনা পৃন্নমক্তি থনবী অচাউরমগীদমক পৃন্নমক তৌবা ওম্বী, মীপুংশিনি হায়বা মরিক অমত্তা, মুপীগী থমোয়দা য়াওত্রবী হিংচাবীনি। অচুনবু মরালমা মপোৎ ক্কার-তুনা শিরমদাইগী মতমদা তাওচৎনখ্রিবনি, শিবস্থ মীশি ফজদনা শিখ্রিবনি। মা শিবদা কনাগুম্বা অমত্তগী মখিত্তগী নপি লিক্লা অমত্তা তাখিদে; তাবস্থ তারোই। মাগীদি য়ামত্রবদা হকচাং তথ্নায়নি হায়তুনা লৈরিবা খেলৈ কাওবনা হায়খি ;......"লাইশ্রবী শিরে,—মামা শিখিবগা ঐগী ইমিত্তা মায়াবীনী শক্তি অমগী মুর্তিনা শুমহৎপগী জগোই শাদুনা ঐবু তাওহনম্বা—মাওথরে। কনানস্থ শুমহৎপা ওত্ররোই। কনানস্থ নত্তবগী লাং থাক্রবা ওত্র-রোই।" (৪বা অঙ্ক/৪বা উৎপা)

লাইশ্রবীগী মত্তাং অসিদা, য়াবু কনাগুম্বা য়াম্না 'হেন্না শাও-খিবা পাত্র অমনা হাংহনম্নবদি তাবোক্লা হেম্না পেন্নরমগম্নবনি।

অহুবু মথমতা ঙাওচৎনরম্লগা। মচা মপুরোইবা লৈনা লৈনা কনাসু লৈজদবী অমগুম্লা শিঙম নাঙমদনা শিখ্রিবা অসিসু খিৎকী নত্তে। নাটককার দরেন্দ্রজিৎকী রাখল কজদবা নত্তে হুপী হাৎপা হায়বসিদি ওয়োক্লা চাউখ্রবা পাপ্নি হায়না থাজমরিবনি। শিব-মক তারবদা মানা লংজরুবা অরানবশিংগী ওইনা মীশি থরা হেন্না থীনা শিহল্লম্লবদি য়াম্না হেন্না পেন্নিংঙাইনি হায়রুবা রাদনি।

লীলাগী মতাং মতাংদা রারী পুথংলকপগী কিতমশিংসু লোংপোক লোংচুপকী মিৎয়েংদা কনা নীংথিজৈ হায়বা য়াই।

রারী রাতাই শাবগী মওং অসি য়াম্নমক কজবা হায়বদু-অক্তি থোক্তবসু ওথাক চৎনবা য়াই। উপন্যাসগুম্বা রারী মচা-গুম্বদদি রারী-রাতাই শাবা অসি অদুক হাক্না মরু ওইদ্রবসু লীলাদদি মসিনা মপুঙনি। রারী রাতাই শাবগী উদ্দেশ্যদি মরুওইনা রারী মপুঙ শেমগৎপা, রারী মথা চথহনবা, পাত্রগী লমচৎ শেমগৎলকপা অমদি লীলাগী উৎলরোইদবা শরুকশিং অদু কোং-দোকপনি। রা ঙাংবদা সুংঙাইবা কজবা হায়বসিমক্তবু মচেক্না মৈরগা থরা থরা লোৎলপ ঙাওলগা কজবা হেল্লি। তারিবা মীওইশিংহুদা থোঙথাং থুদিঙগী শব্দোক্না তাকমল্লবসু সুংঙাই-রক্তবা অমা পোক্লকই। অদুগা লোৎলিবনি হায়রুনা লোৎমল্লা থোকথ্রবসু খম্বরুবদা মকাং মকাং হেক চৎনথিহুনা সুংঙাইবা হন্থহল্লি। মথল অনিমক্কী সুংঙাইতবা অসি থোইনা য়াওহে হায়বা য়াই 'ভাগ্যচন্দ্র'দা। য়াম্না শব্দোক্না ব্যাখ্যা তৌবা তারবসু মওং চুম্মী ঙমখৈ লানথিবা থোইনা উদে। থেৈলে, লাইগ্রবী

অমদি রসরিক', অহুমগী রারী-রাতাইদা লম পীরক্তবগী ব্যাখ্যা অসুম্না তৌরি ;—

"খেঃ —লম পীরক্তরে, এ রাম্বা চোপ্নে, লৈনিংদরে।

রসঃ —মদু চোপ্না নত্তে পাবুঙ! করিমত্তা খনবিরুসু। পাবুঙগী কংক্ষম নহুবা পোৎ নিকতুনা পীরক্তবনি।

লাই :—করিগী কংকম থোক্তিবা? নঙগী পাবুঙনা মাবু কনবিবা নত্রা? মদুগী হায়রুরবদি মচেৎ অমত্তবু নত্তে মণিপুর তম্খাইদুম পীক্ষম থোকই।

রসঃ—মদু লাল্লি ইমা। অঙম্বা অমা ওইরুবগী পাবুঙনা লাল চৎপনি। মদুদি পাবুঙগী তৌকম থোকপা তৌবঙনি। মদুগীদমক থোওইনা মনা ভানকম থোক্তে।" (১বা অঙ্ক/২বা উৎপা)

করি করিগুম্বা মতাংদা সমাজগী অমোৎপা অমদি অমম্বা কয়া অন্ধবিস্বাস কয়াগী মায়োক্তা মত কয়ামুক ক্ষোঙদোকপা থেংনৈ। সমাজ শেংদোকপগী রাথরা মরু ওইবা হৌরম মত্ত্রবসু অমম্বা অমোৎপা মশক অমদি লৈকম নীংথিনা তাকপা মওংনি। পুজাগী অপাম্বা থোঙথাং অমদা নোংদম্বা বিধিগী তাম্বা মতুংইন্না রাথলগী চপোম মরক্তা নোংলৈন। পুম্ববা অকংবা উনাগুম পুনিং পুনিংবা মাইকৈদা পুম্ববা খেলৈগী লোশিং তারবা রাথলদগী হায়দোক্লকপা রাঙাঙদা, সমাজদা লৈরিবা পুম্নমকী ওইনা তমহৌ-নিঙাই খরা ময়েক লা-না উবা ফংই। অমম্বা-থাজবগী চৈথাদা পুম্নমক মাঙশিনক্লবা, অচুম্বগী রাক্লবা মঙালনা মাইকৈ তরাদগী ফুজিল্লক্লবা মতাংদা খেলৈ ভাব তারকই অচুম্বা মশক খঙলকই,—

অরানবগী মাযোক্তা মথোঙ শেক্সপীয়র-শানা লেপ্লগা মীংনবা অমগা লোয়ননা লাউরকই,—

—"থৌ, চবান, মঙ্গ মীনম্ব'ম। ছুম্থো মাইবগী হিদাক লোক্তাক ময়াইদা। থদংলু চিঙ্খিবী মাইথীগী মচিন য়োংকী চেগপ্পা। নত্তবগী চোইরোলদগী থোক্লকপা ঙাক্তনি। মর্যাদা, ঈদা পুক্নুংদা শোয়ন্তুনা নাম্বিবা অনাবনু থৌ তৌরগা চবান থারগা লাইরা শোল্লগা ক্লগনি লায়েংলিবা মাইবা মথোঙদা য়োঙ্খিলং থাংহনা কৈন্তমশঙদা থমগদবনি।"

রাকম অসি থেৌলগী মচিন্দগী ঙাংথোক্লকপা নরেন্দ্রজিৎকী য়াঙাঙনি, মতৌ। মতাং অসিদা বিদ্বান জোন ড্রাইডন্না ফোংদোকলম্বা লীলাগী উদ্দেশ্য থরা* অদু নীংশিংনিঙাইনি।

লীলা অসিগী নাইতোম-য়াঙাঙশিং (Soliloquy) মরক মরক্তা থরা শাংমন্না থোকপা য়াওই। নাইতোম ঙাঙবা রাঙাঙ অসিদি রাহৈ অনি-মরিদং ঙাঙবদি হৌবৈ অড়ুগা য়াম্না হেক শাংনা মথন্তা, ভাষন পীবদোনা ঙাঙতুনা লৈবদি হৌনশা নত্তে মনোবিজ্ঞানগী মায়োক্তি হায়না অনৌবা আলোচকশিংনা কয়া

* "A play— a just and lively image of human nature, representing its passions and humours (humour means states of mind or mental characteristics), and the changes of fortune to which it is subject, for the delight and instruction of mankind."

—'Essay of dramatic Poesie'

থাজনরি। থাজবা য়াবা য়াকপ্সি। য়াবনা ফুম্বংনরবা নত্রগা ফুংঙাইবদা পুম্নমক কাউথ্রবা মী অমনা থঙহৌদনা নত্রগা থঙ-হৌনা মথন্তা য়া মঙা তরা হায়দোকখিবা য়াই; অদুগা মথন্তা লৈরগা কনা কুইনা ঙাওবদি য়াওনরম্বসু য়াই হায়ববু চথনরিবা পুন্সী অসিদদি, ঙাওবনক ঙাওদ্রবদি, য়াম্না তাংনা থোকই। অদুনা অনৌবা লীলা ইবশিংনা অসিগুম্বা মথলগী য়াঙাঙশিং অসি পাত্র অদুগী য়াথল ওইনা মলুংলোমদগী কনাগুম্বা অমনা ঙাওহল্লকপা ওইনা তৌনবা নত্রগা অতোপ্পা য়াম্না থাজনবা চান্নবা পাত্র অমা পুশিল্লক্‌লুনা মঙোন্দা হায়বা ওইনা ঙাংহন্নবা ওইনা তৌনরক্লে। মথন্তা লৈরগা, হোয় থরদি ঙাওবা কায়দে হেন্না মওং তাশিনবা হেল্লি, অদুগা শাংলবদি মহৌশা মান্দে। 'ভাগ্যচন্দ্র' দা শাংলপ শাংলপ থোকপা য়াওই। য়াম্না হেক হেনমনখিবা হায়ব'তুমক্কি থোক্কে; খাঙবা অদুম য়াবা মঙংনি।



# তোংব্রাগী ফাগি

## ( Subjective Criticism )

সাহিত্যগী নত্রগা সংস্কৃতিগী ওইবা সভা অমদ থৌ চিল্লবা মরুওইবা মীওই কয়া কয়া লৌশাং শিংনা রা ঙাওগ্রে, ঙাওথরক্লে। অমমমগী তাবদা ওক্লবা মীওই কয়া কয়াগী কান্নবনা থল্লবা অফবা অমদি অচুম্বা অসি লেপ্পুনা তারকপনা অমৃতঙাক্তা ওইরবস্তু কেপ্পিল্লপ থোরররক্লবনা তিঙ্গিবা ভাবক্তা লুখমদা চীকপা য়াওরক্লে। ভুং ওইরপ্পা ফম্বা থরদি কন্নাইগী ওইব হৈরী হৈচেৎ-মচেৎ শানবা য়াওরক্লে। মাঙগী পরেংশিংদস্তু বাত্তৌম ফংদুনা লাকপনিনা পাক হেক হৌগংলুবস্তু য়াদবাননা ঙাওফিবা মহাশয় অদুগী পোল্লোই রাইদা হুরাওনা ৎবাক খুগদবগী মী থওহন্দনা শেম-শাবা হৌনবা য়াওরব-জাংনি। তীঙলী য়াঙলীনরকপনা ঙাঙলীবা মহাশয় অসিনস্তু তাণ্ডবনৃত্য মহল অমা উবা ফংকক্লবনি। মতাং অসিরাইদা খঙ-হল্লকই— "মথংদা ওঝা শ্রীতোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহবু রা থরদং ঙাওবিরনবা হায়জন্নি"...... তাবদা ময়াম্মক পোত্থানবগুম উই। অনি মরীদি করিগুম্বা থরা ঙাঙনক্লনা নোকপা হৌবস্তু য়াওই। হৌগৎলক্লগা কাখৎখিবদা নোকপস্তু য়াওনৈ। রাহৌদোকী মতাংদা ঙাইহাক ইংবা তুমিন তুমিন লৈনরম্মী; মতুংদগীদি লুর লুরবা হীরমগী রাকম কয়া ওইরবস্তু পুল্লপ্পা মরক মরক্তা তোইরপ নোক্লক-পগী খোঞ্জেল তাদনিঙাই লৈতে। করি করিগুম্বা মতাংদা হোল অদু কিস্থরক্তুনা নলবা য়াবগী খোঞ্জেন্দা নোক্লকপা য়াওরকই।

অসিগুম্বা কিন্তু অসি ওন্নাগী ক্লাসতা থেংবৈ, রারী-রাতাই শাবদা থেংবৈ, অদুগা ওন্নাগী লীলাশিংদদি থোকথাং খুদিংগী থেংবৈ। ভাষণগী ভাবোক্লা নোকপবুদি লীলাগীনা নোকপা হেল্লি। মরমদি ভাষণ অমদি ক্লাসশিংদদি শাওজরিবা অসি তোংব্রা মথক্তনি অদুগা লীলাশিংদদি থোক্লকলিবা হুপা মুপী খুদিংমক তোংব্রাগী তোংব্রা শাক্তনি।

ওন্না তোংব্রাগী রচনা ( work ) পুম্নমক অসিদা ( অনুবাদ তৌবশিংসি যাওদনা ) কাগিগী হৌরম্বা চোম্না যাওই। লীলাশিংগী রারীশিংদা, রারীমচাশিংদা, রাজাওশিংদা, ঊশৈ অমদি কবিতাশিংদা মথল মথা অয়াম্বগী ওইবা মপুঙ কারবা কাপি পীকথম্না যাওই হায়বসি তোংব্রাগী কোঙদোক্লবা রচনা অমগী চেখা অমত্তং হাইদোকনুরবমক্তদা থঙই। মতাঙ অসিদা অপাবা অমদি অয়েংবশিংগী মঙ্কমদগী হংনিংলিবদি—সাহিত্যকার অসিগী কাপিশিং অসি ইচম চম্বা, কাপিগীদমক্তা তৌবা কাপিরা? নৈপুণগী চোইথোকলগী হেন্নিংঙাই নৈত্রবা কাপিরা? অদুগা তোংব্রা মশামক অসিবা পুক্নিবু ইচম চম্বা লৌবা কাপিগী মীওইরা? চিনমক খুৎমক থোকনুত্রবসু খুদিঙমকী রাথলদা হংনিংবা হংশিংলকপা যাবা রাহংশিংনি।

সাহিত্যকার মশামক হীরম খুদিংমক্তা লুনা লৌবা অমদি খঙ্গনবা, পুক্নিবু মতিক চানা ইকায়খুম্নবা মীওই অমনি হায়বা অসি মশাগী রায়েং অমদি শৈরেংশিংগী মঙালনা তশেংনা উৎলি। মপাম্লোংদবু ওন্না নোকপনি অমদি নোকহনবনি, মসুংদদি, হীরম কয়াদা হেন্না উশিল্লুবা অমদি খঙজিল্লুবনা রাম্না রাকৈ। সমাজগী

নাক-য়েক্তা লৈরিবা পুন্সি অসিগী মরুদা মুন্না য়েংনুরগা মসিগীদমক্তা তোংত্রা কপ্লিবনি ; নোকপগী খোঞ্জেলগী হৌরককম অমদি লোই-কমদা তেংথাখোলগী সুর অমা য়াওরি, সুর অসিগী খোঞ্জেলদা তোংত্রা কপ্লি— নোকপা নত্তে। কালিদাস অমদি সেক্সপীয়র-খোঙ্গনা কপ্না কপ্না কপ্লম্বনি অদুগা তোত্রাদি জে:বি: শোগী মতৌগুম নোক্লা নোক্লা কপ্লিবনি। ইয়াং য়াংনা উরিবা তোংত্রাগী খুৎই অসিগী মরুমদা চৌংলেম্লবগী মতৌ অসিদি জে: বি: শোনা তাক্লম্বা মিৎয়েং *অহুদা য়েংলবতদা ময়েক লাবা অমদি লাইনবা ওমগনি।

অশেংবনি ওঝা তোংত্রাগী কাপ্নি অসি ইচম চম্না, সুপ্নগী কাপ্নিগীদমক্তা তোবা কাপি নত্তে। কাপি অসিগী মখুংদা সমাজবু খজিক্তংদা ওইরবম্ম মওং ওলাইনবা য়ানবা থৌরম অমদি খুৎলাই খরা কুমদুনা থম্লি। ইতুম হেক তুমদনা তুম্বা শাবা সমাজবু তিক্তি হত্তুনা হোদোকপা য়ানবা তানগুমত্রবা খুৎলাই মথল অমা য়াওরি হায়বসি সাহিত্যকার অসিগী কলমনা সাক্ষীনি। মাগী খুৎইগী কাপিদা লম্নাই অমদি ময়ামগী ওইবা রাখল খরা মথাগী মওংশিং অসিদা য়েংবা য়াই—

(১) হৌজিকমক্কী ওন্নথ্রবা মওং উৎপা—

কলাকার অমা ওইবনা নাক-য়েক্তা হৌজিক হৌজিকমক লৈরিবা অমোৎপা কয়া কয়া উথি অমদি উরি। ইয়েং হেক য়েংদনা উগন থঙনবা মিৎকম লেখকশিংগী মকমদা য়াওরি হায়বসি

*"——the gayest man of his age was its most serious writer."
—G. B. Shaw

অশেংবনি। মানা হেক চওলুবা য়েংলুবা হীরম কয়ামুক্তা লো অমদি কোংনা চৎনরিবা, চুমদে খন্নবা হীরম কয়া কয়া তোংব্রাং খুৎতৈনা ময়েক শেংনা শেংনা কোক্তদোক্লি। রাকোই শুহুনা খজিত্ত উৎনবা লাক্লবদা অগৎ কুক্কুনা বর্নন তৌদুনা খজিক্তা উৎপ লাকপা হৈনদে, হায়রা তারবদি ময়াওদগী হেক্তা য়াম্বরকই রাজনীতি মীওইশিংগী মানা খঙবা লোমচৎ চুমজ্রে হায়বা উরবা তুমিন্না লৈবা ঙমজ্রবা তোংব্রাগী কলমনা য়ান্না চাউখোক্না হায়রক —"ইমা, ঐখোয় রাজনীতিগী মীসিদি খুৎনা থবক শুদে চীন্না শুই চীনবী মী ঐখোয়দগী খুংকী থবক আশা তৌরিবশিংদু অপঙব জাংনি। (চান্নবা খাইনবা)

অচুম অচুম্বা হায়বগী ফজরবা মওং অমি মরুওইনা লৈ ; য়াম্ন চৌংলেম্না শককম হঙ্গিন্নগা উপদেশ পীবগী মওংদা অমা ; অদুগা অতোপ্পা অমনা কাপি ওইনা নোক্না নোক্না হায়বগী মওং অমা। অহানবগী অসিদি মীনা তানীংদে চুম্মী কৈ কাম্নৈ খঙনা খঙনা ; কাপিগী মওং ওইনা হায়বা অসিদি নোক্না নোক্না শাউদনা তানৈ। অচুম্বা অমিবু চৌংলেম্না হেক হায়বা ত রবদি, অকবা থাগৎপা হীরমশীদি খঙদে, অদুগা চুমদবা অমোৎপশিংগী ওইরবদি মশা তাদনবা লোন্না ঙাওনবা হান্নবদা হেক্তা তাবনি। মশা হেক তাহন্নীংদে। অদুবু কাপি তৌদুনা হায়বা তারবদি ময়াম মমাঙদা হায়রবা, হেক্তা হায়বা ঙম্মী। মশাগী মমাঙদা হায়রবু, মশামক য়াঙ-ন্নগা কাপি মরীক চুম্বা হেল্লি। অচুম্বা অসিমক কাপিগী পোৎচক অমনি। অচুম্বা খরা লৈরবতদা কাপি মপুঙ কাবিবনি হায়রবা'স

চাং লেন্নবা কবি রবীন্দ্রনাথ'* হায়বিরম্বিবনি। হৌজিক হৌজিকমক থেংনরিবা অরাংপা অহোবা অমদি অপেবা শকওংশিং কোংদোক-পদা তোংত্রাগী কাপি হালেংবা লৈত্রি। হৈদুনা তৌরিবনি খণ্ডদে হৈতদুনা তৌরিবনি খণ্ডদে পাম্নবনি খল্লকুবনি হায়দুনা লিলা, রাগী, উপন্যাস, কবিতানচিংবা লাইরিক করাগী অক-কত্ত নৈনম্বিবনি হায়দুনা মরালদা পণ্ডপীদা পীবা আলোচকশিংগী মকমদা শীংনবা অমগা লোয়নননা ফোণ্ডদোক্লি—

"তাব মুম্না তাদনা পাক পাক ক্রিটিসাইজ (criticise) তৌবা, লাইরিকী মরাল তাক পীশিনবা অশিংবা ভাবোকী মতিক ওক্কে।"

(অনীথোক্লা চৌধ্যায়রে)

(২) মী লকুবা—অরানবনু অসিদা লাম্লি হায়না তাকলুবদা লৌ য়ারোইদবা মতাংদা কাপি তৌদুনা, অচুম্বা অশেংবা হায়দুনা লকুবা অসিমক চুমথোক্লবগী করবা খুৎলায়নি। খুৎলায় অসি ওবা তোংত্রাগী কাপিনা শীজিন্নদনা তোক্কে। ময়ামগী নাক- য়ুৎকী অচুম অরান ইথন খন্দনা মামা তৌরিবা অদুনা মচুম্মে হায়দুনা ওকচাউ থেক্লিবা, হীরম খুদিংমকী মীওই খুদিংমক লক্কে। লকুবগী মতাংদা কলাকারগী মতম্নু লৌনাংঙা ইনি—

"লৈবাকী থবক পুন্নিবা মীবু থন্না লকুবদি লৈবাকী অরুম কনবা কুইনাইয়ে।"

(অনী থোক্লা চৌধ্যায়রে)

---

* People resent a joke if there is some truth in it.
—Tagore

লীলা-পালা, সিনেমা ড্রামানচিংবা য়েংলুরগা অকবা কন্নাবুদি উৎখিদবগুম কাউথোক্লগা থাওনা চোপ ম্নাববা, তা-না চক খিনবগী মওং অতুদি মকম মতম ইখঙ খঙদনা তম্নগা লৈবাক মন্নাং মন্নাংও হল্লিবা নহারোলশিংনা হায়—

“ইপোক্তী পীথোরকপনি ইতাও, মীওোল্লগী থোইনা তম্বা নত্তে, ইংলিস পিকচরগী বটলস্কেষ্টর, গেরীকুপরখোয়গী মতৌ খন্না য়েংশিনবদি কান্নদবা নত্তে।” ( হিংমিন্নবা )

অসুম লক্লরকপদা মশাবুম্ন মশাগী অপাম্বা অমদি মন্নান্না ওাওনরমগদবা হীরমলোমদা য়ৈদুনা লক্লৈ—

“লীলা মমিংনা চৎনদে, নখোয়গী মরক্তা য়াতেকপা অমা য়াওরি হায়। মানা ইরবদি ফজরবা রামায়ণ মহাভারতগী লৌথোক-পা ন্নারী কাওবা মীগী মখোয়দা শিক্লবা তুমশৎ ওল্লি হায়না তারি।”

( অনীথোক্লা চীঙ্খায়রে )

মকম অসিদা ‘য়াতেকপা’ হায়রিবা অসি অতৈ নত্তে ওঝা মশামক্তি অতুগা পল্লিবা হীরম্না মশাগী পামজবা অমদি পাওথোক্লিবা বিষয়নি।

মতম চায় চাদে ইয়েং য়েংদনা অধিকার মায়গদবনি হায়না অক-ফত্ত খুথাতুনা লাউন্নিবী চৌনগনবী মুজাশিং ওঝাগী কলমদগী লিক্তুনা চেনখিবা ওম্বগী না লৈতে; মতেক অমা অতুম হাক্লিরম্মী—

“অনৌবা **Five Year Plan** দা মুপীগী অধিকার খন্না হেনগৎনবা হোৎনজগে। মরক অসিদা দরকার লৈবিরগা প্রাইভেট রাজা অমা থম্বিবা য়ানি রাণীজী।” ( চেক্লোইনা পরা )

(৩) অরানবা মশক তাকপা :— লক্ক লক্কনা পুম্নমক্কী শুটনা লানমিন্নখ্রবা হীরম কয়া উরুরবা তো'ঙ্গাগী ফাগিনা মতম অসিদা মকম অসিদা মওং অসিমক লান্নে, ওন্নরে অমদি মতমগা চান্নদরে, সমাজগী মায়হিং ওইরে শমক্রু নম্বদা চাউমনখিদুনা. হায়বা থিন থিন্দুনা তাক্নি। লাইরিক লাইশু থরা তম্নরগা, পরীক্ষা অনী মরি পাস তোকপ্নগা পুম্নমক লোইরে থাজদুনা হন্না য়েংখিন্দ্রবা, খবর ফাওবা পানীংদ্রবা মীওইশিংগী মতমদা মুংনাংবা কো'দোক্নি—

"ঐনা খিত্তং শাউনিংবা চায়ববু লাইরিক পাবা ঙম্বা মৈতৈ মচানা ঙা অপুম্ববুদি শেল তিংনা লৈরগা হকচাং মাঙহনবা পাম্মুদ্রগা ঐগী অদুক ফজথ্রবা কবিতাবুদি লৈগে হায়দ্রিবসিনি "

( কোকিল )

ওঝা মশাগী কিভমদগী ফংলকপা লৌশিংগী মঙাল মতেক থরা উংলম্বসু য়াই লোয়নননা কবি শাবা কয়াগী লাইরিকী ঈচাউ উরু থেংনরুবদগী তেংথাবিরম্বসু য়াই।

অমরোমদা অমুক নিংথৌগুম হাইনা হন্না পাল্লিবোই নীংনরিবা মকোক ওইন্নিবনি হায়না লৌনবা মীওই কয়া কয়ানা কনাগুম্বা মী থরগী নত্রগ। করিগুম্বা কমিটি হায়বদি তশেংনা শক্তি পাররশিংগী পুঙলোন্দা ইহৈ হেতনা শানিংখিদ্রবা জগোন্ন থুৎথেক কন্না থেক্নি হায়বা অসি হোৎজিক হোৎজিকমক. কোংনা কায়রুবা য়াদ্রবসু. চখনরি। কলাকারগী অশেংবনা তোবা ফাগিগী থৌনা য়েংসি—

......"বিক্রম নিংথৌ ঐনা পাম্বা মুপী লোবা য়াদে, ফজবা তান্নবদা য়াওরগা কবিগুম্বা জজশিংন' থ্বায়দগী হেন্নি থন্নবদি ঐনা নঙবু লোবা ঙম্মী।" ( হেন্নোইনা পুবা )

মতাং অসিদ রাকম অমনা, কক্রবা চুমক্রবা কয়া কয়া তাকপা হায়বসি ইচম চম্বা নত্তে। মরাল নৈরে হায়না লোনরিবা মী মী অহূদা চত্তুনা হায়রকবা তাক্রুবা য়াবা রা নত্তে। ঐদি পামক্রবনি হায়দুনা 'নুঙনা তৌরিবসি লাল্লে মহুমদি চুমদে' হায়দুনা হায়রকবা য়াবা নত্তে। কত্তে চুমদে খঙনা খঙনা মীওইবগী ঙমখৈ খরদি তাক্কবা য়াদবনি। ঙমখৈস্থ তাক্রুগা অরানবা মতমগা চুনদবশিং অসি ময়েক লানা উংকে. থিন্দুনা তাকে হায়রবদি লীলাগুম্বা উপন্যাসকুম্বা বারী মচানচিংবা অসিগুম্ব'সিনা খ্বায়দগী করবা উপায়নি। সমাজগী অরাংপা করামুক থিন্দুনা তাকপগী চাউরবা থোদাং অসি লীলানা মপুং ফানা পুখি হায়বা অসিমক লীলা ইবা তোংব্রাগী লেঙক্রবা থাজবনি—

"....ঐখোয়গী থিয়েটরদি মুপী অঙাংগী লমচৎ শেম্নবা স্কুল নচ্চদে, অহল ওইরবা মুপা মুপী, সমাজগী মমা মপা শাগিবশিংগী রাখল চাউথোক্রবা সমাজগী মরমদা কুপ্না নৈনবা কোলেজনি। ফত্তবা লমচৎ ফনবা শেমদোকপনা মরুওইবা নচ্চদে অরানববু লাল্লি খঙদবা, চুমদববু অচুম্বনি খনবা কয়া য়াওনরি সমাজদা। অচুম-অরান অক কত্তা মশক খিনবা, খঙননবা নৈনজবা থিয়েটরনি।"

(মপা শাবন)

(৪) চৎনবী থৈবা—নাটককার তোংব্রাগী কাগিনা খ্বায়দগী হেন্না নোক্লিংনা অমদি মুংনাংনা থোকপা মঙংদি সমাজগী, চুম-থোক্রুবদি লায়রু লায়রহুনা মায়োক্তা রাহৈ অমা অনীদং তাঙলুবা লাওবদা চীন-ম্না কেনগদোবোই খমরিবা মথাই থাইনগী চৎনবীশিং

কুহীশিং অর্সিনি। মরম চুপ্না মতমগা চুননা কারবা মওংদা চংনরবদি চংশহনখিগদবনি। হেন্নহুম চৈরাক অমগা লোয়ননা চংনগদবনি। চারম-থক্রুমদাইদা শেংনা ঈরু-মাইথজরগা অক্নবা কিয়োল শেংলগা কজনা পুক্লিং ফুংঙাইনা চাবদি য়াম্নমক ফবা হীরমনি। থমখিগদবনি চংনহনখিগদবনি, পুন্নমক্কী ওইনা কান্নে। অতুগা খুংমক হাম্বোই হামদবোই চমোং চমোং চাবদি ভসি কাওবগী বিজ্ঞান্না য়াদে চংনদবত' নত্তনা তৌরকপা য়াওরক্রবসু সরকারগী মায়কৈদগী দণ্ডি পীবা য়াবা ফাওবগী থৌরাং থম্না কৈ। অদুদি নত্তুনা কান্নক্রে, কান্নবা থরা লৈবা তারবসু কান্নদবনা হেন্না থোক্লবা হীরম কয়ামুক উরিবা অসিদি মাঙহনখিবা ফরবনি। কৈ, কান্নে য়াইকনবনি হায়বা খঙলবা কাওবদা, স্কুল লিংখৎপদা ক্রুথনচিংবা শেন্খদা শেল থুম খরদং পাংখিয়ু হায়ক্রবদদি অঙকপা ফংনা মনাত্তোন চাউরক্লগা ধর্ম্মগী মমিংদনি হায়বগী থাজবদদি মীরেমশিংদা চাকলেম পীজতুনা লাইমন কাঙহল্লিবা মীওইশিং অসিদা ওইরে ওব্বাগী কাগিনা শাউরিবা। অসি হায় হায়ত্তনসু ধর্ম্ম, নীতি অমদি চংনবী কুহীগী মায়োক্তা লমহেন-খোল্লাউ লাউরুবগী য়া তোংব্রাগী কাগিদা থোইনা য়াওদে। অদুন্নদি ওইরবদা পুন্নংক্কী ওইনা কান্নবা, ফবা অমদি মঙ্গল ওইনবগী লম্বেলদা মত্তা চারক্রনা থোক্লবা চংনবী কয়া অসি থজিক থজিক্তং শেমদোকলুবদা পৃথিবী মাঙ-তাক্লবা ওইরোই, অহোইনত্নম য়াইফ লম্বেল ওইগনি হায়বা অসি তোংব্রাগী থাজবনি—

"ইথৌ তৌদ্রগা মীগী কান্নগদৌবা লৈরবদি চংনবী কুকী, নীতি ধর্ম্ম, বেদ, বিধি পুন্নমক অসিনা মীগী মাঙনবা মরম ওইরক্রবদি

মতম অছুদা, মকম অছুদা মখোয়মসি থাদোক্কনা মী কম্বা তৌগ-দবনি, মতোম্বা” (হিংমিরবা)

লুহোংবদা অসি হাপত্রবদি; শ্রাদ্ধদা মতমতং হাপত্রবদি; চিরাউৎসবতা অসিমা তোত্রবদি হায়দুনা চংনরোলদা তুকা থীবা কাওবুশিংসিবুদি ওঝাদি ইরিভেদা কলম মুনখিবমুক শাউই। পাম-জবা ঈশ্বরদা লৈজবা শুমজবা থরদং পুকচেল শেংনা কচবনু সংস্কৃত, গ্রীক, লেটিন, হিব্রুনচিংবা থংদ্রবা লোলগী করি কান্নবা লৈবগে? অথওবা লোলদা ভাব তা-না পিরাংগা লোয়ননা কৎপদা করি বেরা লৈবগে। ঈশ্বরগী মমাঙোলবু করিনো করি ওইগদৌরিবনো ইবুঙো মহাক্না অপোকপা অপোকপী লৈতে হায়রগা? ওঝাগী কাগিনা শৌনবা অথওবা লোলগী ভাব তারবা তর্পণ য়েংবিয়ু;—

“ওঁ আ ব্রহ্মা ভুভন লোকা......শান্তনু পুত্র ভীষ্মবীর, অভিমান্যু, মহাত্মা গান্ধী, সরদার পতেল, পোইরৈ মৈতৈগী পাথৌ পাউনা......লাইতিল পুষ্পা তৃপ্যান্তু। আপ লোগ সব বাই মাই হুম্বল ওফ্ ফরিংস্ (by my humble offerings) থেঙ্ক ইউ ওল (thank you all)” (চংনবা থাইনবা)

৫। অনৌবা পুমতোংতোঙ্গা রাথল :— তোংব্রগী কাগিগী রাভাং কয়ামুক্তা পুম্নিগী অনৌবা থোঙথাংদা অনৌ অনৌবা রাথল থম্না য়াওরি। অনৌবা রাথল শম্পৎপা হায়বসিমক সাহিত্যগী চাউরবা থোদাং অমনি। কাগিগী ওইবা রাঙাংদা হাইদোক্লকপনা ইয়াং য়াবা ওইনা উৎসু মীয়াওই তত্রবু লোক্লবা

হন্বরকপদি করি লৈবগে হায়না খন্থবা য়াবা রাকম ওইনা লোয়না তৌই। ঙাঙথোক্লকপা রাদি ফাগিদা তারবসু ফাগি অতুগী মহুৎদা ময়ামগী ওইনা কায়কম ওইবা রাথলগী ঈচেল অমা চেল্লি হায়বা অসি খন্থনবা য়াবা রাকমনি। য়েংবিসি:—

(ক) "থনবা কাওবদি ফাদোক ভারোই।"

(খ) "ধর্ম্মদা ভাইনগদবা নত্তে মতুদি, মী মীতুনা পামজতুনা অরেম্বদা শেল য়ায়া ভিংজবনি। শিকিমঙানা শ্রাদ্ধ শোনবদা কনামসু ফাদোক থম্লোই।"

(গ) "লৈথোক্কুনা লৈব, অশেংববু থেংনবা কিবা মিপামচাগী মথৌ নত্তে"

(ঘ) "নরৈবাক্তীমক থোনা ফন শিদৌ শরুক থোনা ফন হিংতুনা লৈবাক সুংঙাইহল্লু।"

(ঙ) "থরাইনা পামজবা হায়বসি, ইমাশি, মরৈনা হোংহন্‌বা ঙমদে। —অসিনচিংবা।"

অসুম তৌনা তো'ত্রাগী ওইবা তোপতোপ্পা মতৌ অমা উবা ফংলি। রচনা ( work of literature ) অমগী মমিংদগী নোক্লিংবা অহুম হোবসু কোয়ায়নি; য়ে'লুবা নত্রগা পাক্লরগা অরাওবা মীওইশিংগী মিংথোল ভাবদা ফাগিগী রা লৈ। মী-ওইশিং অতুগী রাঙাং তারুরগমা অমুক্তা হেন্না নোক্লিংই অমদি নোক্লে। ফাগিগী রস ( হাস্য রস ) হায়বা রস অহুতমা থম্না রাওরবা ওবাগী থ্রায়দগী সুঙাইরবা মওং অমনা নোক্লিংবা রাঙাং ঙাং-লিবা, নোক্লিংবগী অভিনয় তৌরিবা পাত্র পুম্নমক মথোয়না

তৌরিবা অভিনয় অদু ফাগিনি হায়না থন্দে— মখোয়দি হুক্নোক নোক্কে। চায়বদি মকু অদুনা নহাগী রাথলদা তাউখিল্লুবা অমৌ অদুগী মথুদাং তাপ পায়রগা থাবল নথেক অমা চোংথোকপদা ভাবোক্তমক মনোকই— মখোয় অনিদি খজিক্তা ফাওবা নোক্কে। মরমদি ফাগিগী তোপতোপ্পা, মশাগী ওইজবা চীংলেম্লবা সংসার অমা লৈজরি। ওব্বা মশান্থ অদু মঙাই নোক্লিং নোক্লিংবা রাঙাং কয়ানা অতাবগী পুক্লি তিংহল্লি তৌইগুম্বমতুং ওব্বা মশাদি ইনোক নোক্কে।

মতমগা মতা চানদবা থরা—

থাওমৈদমু মখোঙদদি মম্মী হায়বা রা লৈ ওব্বা তোংব্রাগী ফাগিগীমু অমম্বা শরুক শোয়দনা লৈ। অপাবা অমদি অয়েংবা কাঙবুনা হায়রৈ য়াগী ঠিকা অসি মুংদি মুঙাই হায়ববু ইয়াং য়াংইদা—চুম্মী ফাগি হায়বা অসিমক্তবু মহোশাগী ওইনা য়াংবা লৌনৈ। কনাগুম্বা অনী করিগুম্বা হীরম অমগী কম্না য়েৎনবদা থুৎ থোক্লদুনা খৎনরকপা তারক্লবদা অমনা ফাগি ভাথোরক্তুনা তোক্লে হায়বগী অর্থদি ঙাঙন-শক্তখিবা পুম্নমক ইয়াং য়াংনা শন্দোকপগী রাফম্নি। য়াম্না চীংলেম্না তোবা ফাগিমু লৈ, লৈতবা নত্তে। কনা য়াম্না চীংলেম্বমু ওইরসনু ফাগিনিবু হায়রবদি মশানা শরদি য়াংবা ভারবনি।

ফাগি ওইবগী শরা য়াংনা থোক্লিবা অসিগী থুায়দগী চাউবা মরমদি লীলা ইবা তোংব্রাগী লীলাশিং অসিদা রারী লিশাং শেমগৎলকপদা. রারী রাতাই শাবদা শাজৎ শেমগৎলকপা অস্রি-

নচিংবা হীরমশিংদা মহোশাগী মাল্লবা হায়বদি nature আদম্বা হায়বা মওং থম্না লৈরি। অওইবা অচুম্বমক ওইরবস্থু যথনা উরোকথোং লাল্লি হায়ব'সিদি থাজনরোই। থাজদে হায়রুনা অউবা মীবু মরাল শীরুবা নত্তে। অউবা মাগীদি ভল্লিংলকপা মতমদা তমথোকপা তাবনি। অদুম্নদি ওইরবদা ওইথি থোকথি হায়বদা স্নানিংদবা হীরমদি মান্দে হায়বা তাবনি। মান্দ্রবা থাজ-ব্রবদি কনা কজনা থোরুবস্থু হিংচাবীগী রান্নীগুম ভুম্বা থুগাইবগা মকোক কারবা, লিরুং থুদেকপদা মথ্থাং তেকপগী তাবদা মুংঙাই-রবস্থু অঙাং থেম্নবগী ওইনা থোকই। ওব্বা তোংব্রাগী রান্নীলিশাং অসি মথং মনাও নাইবা অমদি নাইহনবগী মওংদা মচু তারবস্থু মতমগা য়েংনমদা মতা চাদবা থম্না য়াওই। থুদম ওইনা হায়রবদা 'মেত্রিক পাশ' লীলাদা মেত্রিক পাশ তৌদবা থুপাদা নত্রবদি ময়ুম পাল্লোই হায়না লৈরবী থারিকথা মেত্রিক থাথিন্ত্রিবা প্রাতাপকা লুহোংবদা, লুহোংফান্দা কল্লিবা প্রতাপপু ময়াম মমাঙদা ইন্টর্ভিয়ু লৌবা ময়াম্বা তাবা, প্রমক অসি, মতুংদা অশেংবা ওইনা চৎনরক্লবদি য়াই, অদুগা হৌজিক হৌজিকমক্তি কাগিদা কাপ্পি অতাইব্রে—মহোশাগী মান্দে। 'ইমামচা' লীলাদা থুপা অনীনা—লিক্লাই অমদি থম্বৌ, ইমামচাবু পামশিনবা, লীলা য়েংবা চৎথিবা ইমামচাবু তায়দুনা ময়াম মমাঙদা পায়বা হানবা তান্নবা অহিংদা লম্বোইবা শাদুনা অনিমক ইমামচাগী কাদা চঙলকপা প্রমক অহিংস্থু চুমদে হায়বদি য়াদে, অদুগা হৌজিক হৌজিকমক মণিপুরী সমাজ অসিগী পাথঙ লৈশাবীগী থুংশিং-মুংঙোনগী হীরমদা

চৎনবা হায়বত্তু থোক্কে। সাহিত্য হায়বা অসিসি সমাজগী মমিনি হায়রিবনি অদুগা লৈবাক্কি পুন্সিমগী শকুম্নি হায়রিবনি। অসিগুম্বা মীওইবা পুন্সিগী মমি ওইরিবা লীলাদা পুন্সিদগী লাপ্পা থোকপা থোদোক থোক্চনবদি সুপ্নগী ভাইহাক সুংভাইনবগী উদ্দেশ্যতমকী ওইবা যাম্না থোকই।

লীলা মপুমশিং অমদি তাঙ্কক অমগী লীলা মচাশিংদা য়াওরিবা বাক্সী য়াতাইশিং অসি নিংথিজ্জে তাবা সুংভাই পাবদা সুংভাই। লীলাদা য়াওরিবা পাত্রশিংগী লমচৎ শেমগৎপদা য়ামীয়াতাই অসি থোইদোক হেন্দোক্না নিংথিজ্জে হায়বদা হেনমক্না থোক্লোই। অদুমন্নি ওইরবা, মরক মরক্তা ওইগনি হায়রবদা মযামগী সমাজদা হৌজিক কৌজিকমক চৎনবা য়ানা থোকই হায়রবদা য়ানিংদবা অমদি য়ানিংলোইদোবা য়াওরি।

লুহোংবদা ভাইরিবা চুপী থিরকপনা চুপা মচুম য়োক্লিবা মতাং অসিদা বরনে, বরগী মকুবোক অমদি মবাইগা য়াক্সী শাক্লিবা মওং য়েংবিয়ু—

“প্রতাপ—ইরাইনা তাকপিরিবসি ঐথোয় চুপীগা ঐগা য়েৎ ওই খুজেং পাগ্রোইনচুনা শোয়োক লমজাওদা লাইয়েন মথেক চৎপগুম চৎমিয়ো হায়বিরিব্রা?

থেম্বুং—য়েৎ ওই চৎমিন্নপদবা নত্তে, ইচম্বা মাঙনা চৎলগা মঙনা চুংদা ইনগদবনি।

প্রতাপ—তাকপিরিবসি ইবাইদগী মত ওইবিরব্রা? হোয়েন ইকুবোক্না অমুক কন্নি হায়গদগে?

থেম্বুং— নঙগী নকুবোক্ত, ঐগীদি বাজিনে খঙব্রাও ?

( খম্বোনা পরপ পরপ চেনখৎলক্লগা )

খম্বো— ( কিংনা ) করিনো করিনো ? কৈদৌনয়ে ? কনা কনা খৎনরিবনো নঙবু কনানা লাকচরবগে ইপাগী থেম্বুং ?

প্রতাপ— কিংগৎপিগনু ইকুবোক খৎনবা মত্তে।

( মেট্রিক পাশ )

মণিপুরগী সমাজ অসিদদি, কৈ হায়ববু তারবসু কত্তে হায়-নববু তারবসু মকুগা মমাক্কা, মশেনগা মবাইগা য়াম্না হঙোইননা চৎনরি; উন্নবদা ৷কাক নোন্দুনা ভক্তি মত্তেক অমত্তা ওইরবসু ভারুনা চখরক্লি। অদুবু তোংব্রাগী 'মমাক্কি' লুহোংবা থিল্লিবৈঙদা বরগী কৈজোম কোবয়েৎ অমদি লাংঙা লোইনবিবৈঙ অসিদা 'কিংগৎপিগনু ইকুবোক' হায়না তয়াং তয়াংনা হঙোইনখিব্রবা মরুপ অমদা হায়রক্লগুম ইহং হঙোইবা লৈতনা হায়দোক্লি। চুম্মী খাজৎলক্লিবা রায়রীতি.শাংনা ( plot ) ভাংদবা য়াদদুনা ভাংনহল্লিবনি হায়না লৌরসি। অদুগা অমুকসু স্কুলগী হেডমাষ্টর অমনা লম হেল্লকপা ষ্ট্রাইক হৌরকপা ছাত্রশিংবু কাথনবনি হায়দুনা চৎলকপা লমচৎ ভাংলকপা রাভাংবি—

........"চাপ্রাসী, চৌকিদার। নখোয় রাকোক পায়দুনা তৈয়ারদা লৈয়ু। ঐনা লাঠি চার্জ হায়দুনা লাওরকপা মতমদা ডুপ ডুপ হেক্তা থাগদবনি।" ( অনীখোক্লা চৌথা য়রে )

অমুকসু

প্রতাপ :—অরা অনা কাওহনবী। রা অমত্তা হংজগে রারোগব্রাও ?

ইবেম্মা :—ৱরিমো হুংনিংবদা হংউ
প্রতাপ :—ইবেম্মবু য়ুম পানবিরব্রা ?
ইবেম্মা :—নঙ লৌগে হায়ব্রাও ?
প্রতাপ :—নচ্চদে।
ইবেম্মা :—……নঙ ঐবু পাম্ব্রাও ? (মেট্রিক পাশ)

লুপ থম্নরিবা রাক্মশিং অসি নাটককার তোংত্রাগী পাত্রশিংগী মচৌন্দগী লাইনা লাইনা থোক্লকই। ভাবদবুদি হুংঙাইনিঙাই ওই হায়ববু অওইবমক্তা পুন্সিদা অমুম্মা ঙাংন শক্লগনি, ফনমক পাম্বা লৈনিংবমক লৈরবস্থু মণিপুরী সমাজদা নাওকোম্লিবা হূপী অমনা হূপা অমদা "নঙ লৌগে হায়ব্রাও" অমদি "নঙ ঐবু পাম্ব্রাও" হায়বা রাহংশিং অসি হংগনি হায়বা থাজদে। হংবা য়াদে হায়বা নত্তে থমথেংবা নোংচুপ্লোমগী চৎনবীদদি অপাম হুংশিসী রাক্ম অসি তরাই তরাই লোনবা হৌত্রবস্থু মণিপুরদদি মতা চাক্কাত্তে হায়বনি।

"বসন্ত-জৈথীল" হায়বা লীলামচা অদুদা থরাক্লে হায়বী হূপীমচা লৈশাবী অমা মালোম ঘড়ীলোমদগী ইস্কাম্লোমদা একাগাড়ী অমা তোংদুনা লাকই। মতুংদা থম্বালজাও হায়বা পাখঙ অমনা তাম্মরকই। মখোয় অনি বসন্ত ঋতু অমদি হুংশি হুংওনগী রারী শাদুনা মখোঙনা চৎমিন্নৈ। হৌনৈ চৎমিন্নবা। রারী জাৎ জাৎ শাবস্থু চহি মতাংগীনি শাক্ম থোকই। অদুগা ঙাইহাক লৈরগা লম্বেলদা মী থোইনস্থু চত্তে, য়াওশংস্থু থজিক্তা ঙাইরকপনে থাবলদুম মতেক অমত্তং চোংথোকসি হায়দুনা হুংথিল পোবোপ্তা মখুৎ শম্নদুনা চোংথোকই। অমনা ইশৈ হন্নগা অমনা শুম্মী—

কুমগী মতমবু ওইবনা
উরী উনৌ থায়দরে,
লোইনবু য়েঙ্গিং ছল্লেদো,
.... .... .... ... ...

মতাং অসিদা হায়দবা য়াদবা অমদি সোরোক্কা নৈশাবী অমগা পাখঙ অমগী মথুং নাম নামনা শম্বরগা নাম নামনা এক্কাগাড়ী অমমম ইল্লদুনা থাবল চোংবা হায়বসিবু ওইথোক্কনি হায়বা থাজদে ; তৌগে হায়দুনা শীংনবা অমগা লোইননা তৌথিবগী রাদি অমনি। অমাং লীলাদা লীলাগী মওং শেংই।

ওথা তোংবাগী লাম্ভোকপা থুংলাম্ভোক্কা আদর্শ হায়না খঙনরিবা মওং অদুমা পুমরাং রাংপমক নত্রবস্তু ওথাক্কা রাংলে। অপেং অশেংবা অমম্বা অমদি অয়াংপা শক্কক য়থার্থ (reality) হায়বা অদুমক উংনবা কোঙদোক্লবা লায়বদা আদর্শ য়াম্লিবমথে কাউথোকত্রে। ওস্মোয় নত্রগা ওস্বা রাই হায়বা খঙনা খঙনা আদর্শ নত্রগা কিদমগী মশক অসিমন্তু ময়ামা পাম্নরিবনি। কংস নত্রগা রাবনগী লমচং চংচরবস্তু চুংথিল সুমিদাং ভাইহাক শংলক-পদদি কৃষ্ণ অমদি রামগী আদর্শ তাজবদা মতম হৌখিবা খঙন-হৌত্রবনি। হীরম থুদিংমক্কা আদর্শ অসি থাক য়াম্না রাংনা নৈ। অসিগুম্বা কিদম অসি নাটককার তোংবাগী লীলাশিংদা রাংলে।

মমাংইঙদগী হৌনা ভারত অসিদদি চুপ্পীনা মপুরোইববু লাই-ভুম্না লৌরক্লি হায়না থাজনৈ। ইমুং মহুঙদা মথকমথা ওম্বগী

য়াদি থওদে মপান্থোংগী অর্থদদি সতী অমগীদমক্তদি মপুরোইবনা লোইরে হায়নৈ। অতুবু তোংব্রাগী মেত্রিক পাশতা য়াওরিবী সতী অসিদি, য়েংবিসি ;—

"প্রতাপ :... ... ঐনা পরীক্ষা ফেল ওইরকপা থোক্লবদি কমদোনি ?

থারিকথা :—ফেলবু ওইবিরক্লবদি ওয়া ওইবা তোকপিরে ইমানিসু থাইনরেদনা... ...।

প্রতাপ :—মেত্রিক পাশ তৌদবা নিপা পিকথয়া মমুম পাল্লিদা ইবেম্মা।

থা :—চিলহাও থিদবা মবুককবী সুপী অতৈ থিবিগে হায়ব্রা থুনী তৌবিয়ু ঐদি মেত্রিক পাশ নত্রবদি—

প্রঃ—পরীক্ষা ফেল ওইবা থোক্লবদি ঐ ইকাইবনা মণিপুরদা লৈবা ওমগনি থাজদে ; ইকাইবদগী ঐবু অচেনবা হয়াগাড়ী মমাওদা চোংশিন্দুনা শিবা ওমগত্রা ?

থাঃ—ওক্ষাওবতুগীদি ঐথোয়সু ইন্সিনবা য়াওজগে চান্নবু শিবিথিগে, ঐবু য়াই শংহনবিগে হায়রবদি।"

কাপিনি হায়তুনবু লুহোংলবী সুপী অমনা মাগী মপুম্নোইবদা অশুম্না ওাওবদি ওম্থোক্লা হকময়া থোকই। থমথেংবী মতমগী সুপীশিংদি সুপাশিংদা অসিদগী য়াম্না হেম্না থীনা হায়নবসু কো-জাইনি। অতুবু সাহিত্যগী বিধা অমদা হেক ফোওদোকপদি আদর্শবু য়ারিবমথৈ ইকাইশুম্নরিবা সমাজদা হেনময়া থোকই।

অসুম্না নাটককার তোংব্রানা অশেং অশেংবা অরাংপা করাবু য়থার্থ ওইনা তশেং তশেং উৎনবা লাক্লবদা অমদি মুংঙাইহন্নবা লাক্লবদা কিদমগী মতাং থন্না থোওইরুদরে। অসিগুম্বা লনাইগী ওইবা মওংশিং অসিনা ওঝাগী লীলাশিং অসি ইয়াং য়াংনা উবনি। করিমা মকান্নরে করি করম তোরবদি হেন্না কান্নবা মওং ওইগদগে হায়না খনমনখিবনা মীওইবা অমদি সমাজগী মহৌশাবু তরাই তরাই কোংঙদোকখিবনা ওঝাগী ফাগি অসি মুপ্পগী মতম মতমগীতা ওইনা উররি। অদুন্নদি ওইরবদা ওঝাগী ফাগি অসি ইয়াংমক য়াংখিবা নত্তে, ফাগিশিং অসিগী মনুংদা লাক-দোরিবা চারোল শুরোল কয়াগী মমিত্তা মপি শিন্থরকদবা মন্ন কয়ামুক য়াওরম্বা য়াই হায়বা অসিদি নোক্লবা ঐথোয়না খঙলুবা নরে।

---

# তোংব্রা ঃ মশাগী লীলামচাশিংদা

## [ Psychological Criticism ]

মণিপুরীদা লীলামচা নম্লগা তাঙ্কক অমগী লীলা অসি লোল অতৈগী সাহিত্যদগী লাকপনি। করম্বা লোলদগী চুমথ্রিংনা লাকখিবনো হায়বদি খঙবা ন্নারগনি। অদুগা চাউরাকপা অমা ওইবা হায়রুবা তারবদি ইংলিশ অমসুং বাঙ্গালী লোল অনিসিদগী লোয়দনা লাকখি হায়বা তাই। বাঙ্গালী অমদি হিন্দীনচিংবা

লোলশিংগী হেন্না পাক চাউগ্রবা সাহিত্যগীদি লীলামচা অসি খরা লিরবনি। অদুবু মণিপুরী সাহিত্যদদি য়ায়মক নৌরি। তৌবগীবুদি সংসার অপুম্বগী ওইনা বিধা অসিমক পঙলি লিবা নত্রি। কুনশুবা শতাব্দীগী অহোবদা ইংলিশকী অচৌবা লীলা-শিং উত্ত্রিভৈগী মমাঙদা থেঙনা লাকপা ভাবোকশিং ঙাইবা ওইনা, করিগুম্বা ইয়াং য়াংবা অরায়বা হীরম অমদা লীলা মচা অমমম উৎনবা অসি চৎনরক্লম্মী। অসিগুম্বা লীলা মচা অসিবু ইংলিশকী লীলা নৈনবশিংনা কর্টেন রেজর (Curtain Raiser) হায়বদি হৌরমদায় লীলা হায়না কৌনৈ। হৌরমদায় লীলামচা অসি য়ায়মক চম্বা মওংনি। মী অমা অহুমদং থোক্লগা ক্ষাগি করাংগী ওইবা য়ারী য়াতাই শারয়গা কোক চঙথিবা, য়ারীকা থোওইনা নৈরমদবা মওং ওইনা নৈরম্মী। মসিদগী খরা খরা অম্তুম শেমদোক্লক্তুনা শোক ১৯০৩ দদি তাঙ্কক অমগী লীলা ওইনা কক্তনা থোক্লক্লে। থোচিল্লবা মতমগী ভাবোকশিংনা লীলা মখল অসিবু হরাও হরাওনা ওকখি। হায়রিবা চহি অসিমক্তদা W. W. Jacob না তাঙ্কক অমগী লীলা মত্রগা লীলা মচাগী হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা মওং অসিদা চুম্না নীংথিজনা পুথোক-তুনা উৎপা হৌখি। মতম অদুদগী ওসি ক্ষাওবা মযাম্না পায়রি।

মণিপুরগী নৌরিবা রঙ্গমঞ্চদদি তাঙ্কক অমগী লীলা অসি ওখাক্লা নৌরি। নৌবগী মতিক তাঙনম্তু থোক্লি। স্কুলশিং অমদি কোলেজশিংগী কুইম্মা থৌদোকশিংদা খরা খরা শায়বা নত্তনা অচৌ অচৌবা হোলশিংদা উৎপা পঙনা থেংনত্রি। ইখিনবন্তু

য়াম্না তাওনা থোক্লি। খরদি ইনবক্লে; অদুবু তাঙ্কক অমগী লীলা অমসুং খময়কপা তায়বদি জি, সি, তোংব্রাবু শোয়দনমক নীংশিংনরকই। অশেংবসু হীরম অসিদা থরাই য়াওবদি তোংব্রাদনি।

ওসি কাওবদা একাঙ্কীকার তোংব্রাগী লীলা মচা অসি কুমগুানগী মথক্তা উবা ফংলে। অউবা পূম্নমক অসি অচোবা লীলাশিংগী মতৌগুম কাগিনা মরুওইবা ওাক্তনি। কাগি হায়ববু লীলা মমিংদগী হোয়ে—'সুংশি লমদম কৈদনো?', 'য়াওশং কাঙৌ'; 'অরাংবা অমসুং চৎদেকপা' আসনচিংবা। মমিংশিংদি খরবু করি হায়বা য়াই, লীলা মচুংদদি কিজং হেক হাইদোকপদা কাগিতনা শো শাদুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মমিংদা, ব্রায়ীরাতাইদা পূম্নমক্তা নোক্লিংবা ওাক্তনি। নোক্লিংবা কাগি অসি তাঙ্কক অমগী লীলাগীদমক্তদি য়াম্না মরু ওই; মিস্টর টালবাট নদি—"কাগি রাংলবা লীলা অদুদি চিংনবগী মিৎয়েংনা য়েংবা চুম্মী" হায়বা য়ৌনা হায়রম্মী। অদুবু মতুমকসু হায়মল্লে। নোক্লিংবা কাগিগী হীরমদি য়ারিবমথৈ য়াওহনগদবনি হায়বগী মরীদা ও, ডবল্যু মোরিয়টনা অসুম্না হায়রম্মী;—

"থোয়ব্রিং থোয়ব্রাংবা লৈই নক্লা চিংলুরবসু মশানা চুমজরবা লৈইশিংদি কৈদৌনুংদসু তথক তথক্লে; অদুগা রাখলচাউবশিংমক্লা চেকশিন্নিংওাই ওইবা কাগি অসিদি ওাওচৎনব্রবা লীলাশিংদতা নত্তনা মরাই কারবা সংসার অমগীদমক্তদু মরু ওই।"

কাগি অসি তোংব্রাগী পোকপদগী লোইরনব্রবা হৈনবীনি।

করিগী হৈনরিবনো ? হংকম থোক্কবা রাহংনি। কনানা অয়াকপা হৈনৈ; কনা অমনা অথুম্বা চানিংই; কনা কনাগুম্বনা চন্ফুত্তমক হৈনৈ। ভিন্নরুচির্হি লোকঃ (মানা মানা পামজবা) হায়বা সংস্কৃতকী পাওরো অদুমক্নি। শম্না হায়রবদা পামজবা হৈনজবা হায়বসিদি ঈশ্বরগী খুদোনংনি। শাৎলিবদি থম্বাল অমত্তনি অউব-শিংনা কোংদোক্লকপদা খেন্নরিবনা কোংদোকপগী উপায় অমদি মিৎয়েংনি। অমনা মচু মথল মথা শীজিন্নরগা, চপথান্নবা য়েক্তুনা কোংদোকপা মতমদা কনা অমনা রাহৈ থন থন্দুনা ইথোক্লবা শৈরেংদা কোংদোকই; অতোপ্পা অমনা অমুক মথুৎ মশানা মান্নবা শেন্নগা মচীন্না ঙাঙদুনা কোংদোকই। মানা মানা পামজবা হৈনবা অসু তোনবনি। অসুম্না ময়াম্না পুন্সি অসিবু উনবগুম তোংব্রাসু উই। ময়াম্না থঙনরিবা পূম্নমক মাসু থঙই মাসু খল্লি। অদুবু মিৎয়েং খেন্নবগা লোয়ননা কোংদোকপগী উপায়দা লনাইগী ওইব.—ফাগি—শীজিন্নদুনা উৎখিবনা পূম্নমক্কগী তোপতোপ্পা লৈরি।

মীগী মী অক্মানি; অদুবু ঙাঙথোক্লকপা রাঙাঙ অমদি কোং-দোক্লকপা মওং কয়া তারু উরুরগা অমগা অমগা অস্থপকী মতিক খেন্নে হায়বা থঙবা ঙম্মী। পূম্নমক থঙবা ঙমদ্রবসু মী অমগী রাঙাং তারগা মী'শুগী অপাম্বা হৈনবা থরদি থঙবা ঙমৈ। মওং, থুৎহৈমচিংবা য়েংদুনা মুম্না মৈনরবদি অইবা মশাগী মসুং অমদি মপানগী ওইবা ফিভম থরদংদা ওইরবসু থঙনৈ। ঙসিগী মীরোল অসিনা শেক্সপীয়ারবু অমদি বাল্মীকিবু উহোৱা থঙহোৱা

নত্তে। অদুবু শেক্সপীয়ার হেক হায়রকপদা বনার্ডশো নত্তে মিল্টনগা খেন্নে হায়বা থওনে। কালিদাসকা বানভট্টগা খেন্নে মখোয় অনীমক কবীরদাসকুম্বা নত্তে হায়বা পুম্নমক্না থওনদ্রি। থওদ্রিবা পুম্নমক অসি সাহিত্যকারশিং অসিনা ইরম্বা মওং কয়া অদুদগীনি। অসুম্না তোংব্রাবু মহাকী তাঙ্কক অমগী লীলাশিংগী মতেংনা মশক থওনবা লাক্লবদা অকায়বা থোইনা লৈতে।

একাঙ্কীকার তোংব্রাগী মাখলনা মস্তুরক্লবা চৎনবীদা হোনবনি খাইনদগী চৎনরক্লবনি হায়দুনা চপ লেপ্তুনা লৈনীংদে। মতম অমদি মফমগা চানরিবা, সমাজদা কাম্নরিবমখৈদি চৎনবী অদুগী মতুংইন্না চৎপদা পুম্নমকী য়াইফনফম্নি; অদুগা চানরক্লবা অমবু মরম ইথও থওলুদনা, মিৎ-না চেজেৎ উইশিল্লগা ঙাক্লবা লাক্লবদা পৈশা অমদি পাঙ্গল মাঙহনবদি লাম্নি, লানবতা নত্তে অপঙবা মওং উৎপনি হায়বসি অইবগী মতনি। হৌজিক হৌজিকমক চৎনরিবা—ইরুজদ্রবদি চাখুম চঙবা চুমদে চাবা থকপা চুমদে হায়বা অসি তোংব্রা, ধর্ম্মগী মিৎয়েংদগীত মসুনা বিজ্ঞানগী মরম কয়ামুক থওলুরগা য়ানিংদবা ওমদে। অদুগা নীংথিনা শু-চামদুনা ইস্ত্রী কজনা তকথোক্লবা ফুরিৎ খোঙ্গাওবুদি মাওই হায়বা অদুগা থা কয়া ঈশিংদা চুপ ক্ষাওবা লুপত্রবা. মৈখু চুরবা মুগাবুদি শেংই হায়দুনা হোংদোক্লবা অসিমদি একাঙ্কীকার য়ানীংদে ;—

"ইঙা :—মুগা অমোৎপদুনা শেংদো শরুক নকি অনানবদুনা হেক্তা পুথোরক্লো য়ারে কদায় ।

ইঙেল :—কি হোংদোক্লনা শোকপা য়াদ্রনে এবো-মাংবা-শেংবা ?

ইডা :—মাংবা শেংবগী স্নাছু অনৌবা আইন্না য়াদে খবরদার! অরিবা সরকারগী মী ইমা উত্রিবৈদা হেক্কা পুরক্লোনহায়। বি,এ, বি, এল ঐনা য়ারি নঙস্থু শার্জন অমা নত্রাও।"

(চন্নবা খাইনবা)

খাজনবগী মতুংইন্না মেরা থাদা তর্পণ শোন্নরি— নৈজবা হৈ অমত্তা ওইরবস্থু নৈ যনা অনিদংদা ওইরবস্থু কংনৈ। নৈখিত্রবা অপোকপ-অপোকপীশিংগী মক্তমদা কংনরিবনি। নৈ-জবা হৈ নৈ খরা অদু তক তক পুথোক্লগা কজনা কৎলগা লোইরে ঐখোয়স্থু মখোয়স্থু খঙনদবা লোল অমদা কৎলুবগী করি কান্নবগে। পূকচেলদা শেংলগা লোইরে অথঙবা হৈনবা লোল অমদা হ্রাবিয়ূ চাবিয়ু হায়রগা লোইরে ওন্নাগী তর্পণ খুংশোল য়েংবিসি;—

..."নচা অপঙবনা কচ্চরিবা হৈ নৈসিনা মহাদেশ মঙা, মহাসাগর মঙাদা নৈখিব, নৈরিব, লাই-তীল পূন্না তৃপ্যন্ত, আপ লোগ সব, বাই মাই হন্সল ওকরিং... ঈশ্বর অল্লা তেরা নাম্ব শিদবা মপু।" (চান্নবা খাইনব)

ময়ামগী ওইনদি ঈচেল অসি হস্থনা চেল্লি। একাক্কীকার তো'ত্রাদি ঈচেল খুদিংমক হঙৎনা চেলহনবা পাম্মী। ময়ামগী থাইনগী থোইবীদি থম্বু মুংশি লাইরবব, থম্বদা নৈখি। থম্বা মাস্থু থোইবী মশুংলাংনীমক যণ শেনখি, কাও ফাখি, লমজেল চেনখি, শামু খোঙদা অরাবা নংখি অরোইবদা শা ফাখি। অদুগা তোংত্রাগী থোইবীদি, থম্বু থরাইমক য়াওনদি মুংশি,

অদুবু মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা সনা-লুপা য়াওয়দুনা লৈরক্লবী থাদোইনি লাইররবা থম্বগী মনাক্তা লৈরুবা, লৈজবা য়েল্লি পেরুক খরদংদা পেস্থোক্তুনা লৈরুবা হৈনরোই হায়বা তশেংনা খনথি। খল্লগতা তোক্তে খম্বদসু ভাব তানবা তাকথি ;—

"থোইবী—অশেংবা রা লোক্তুনা কায়দে। ঐনা হায়রিবসিনি থম্মোইনা নঙবু সুংশি, ইমা-পাজি, নোংবানগী ময়ল মতমগী ঈচেলনা তম্বিরবা ঐগী পুক্লিং অসিনদি নঙবু পামদে। পুক্লিংন রাখল তোই, ঐঙোন্দা ইনশিল্লি— নঙোন্দ' (থম্বদা) লৈরবদি চানিং শেৎনিংবা নীংবা থুংলোই। নোংবান্দা লৈরবদি চেক্কী য়ুম, জীপ কার, রেডিও গ্রামোফোন ইনাই ইশল, সনা লুপা..."

(সুংশি লমদম কৈদনো)

অদুনা চৌজিকী মতম অসিদদি থোইবীশিংগীদমক্তা খম্বশিংনা কা হেম্না রারুবগী কায়বা লৈত্রে ;—

"থোইবী—নো নীদ (No need) ঐগীদমক শল কাবা, কৈ কাবা, লমজেল তায়বগী কেঁঈ জরুরত নহী। নীংথিনা ময়েক শেংনা জ্ঞান তানা রা ঙাংনরগা লোইয়ে। পাঙ্গম কনবা অপঙ থোনাদা লৈজদোবা থোইবী নত্তে।"

(সুংশি লমদম কৈদনো)

মসিনি কুনশুবা শতাব্দীগী সমাজনা পাম্নরিবা। রারী লাইরিক অমদি লীলাগী সুংশি রারীশিং অদুদি রারীনি লাইরিক্কি, ফজৈ হায়বা খঙদৈ, কৈ হায়বসু খঙ্গৈ খাগৎদৈ। অদুবু কবিগী অরা-মুডাই চপ মান্নরবা, থাক রাংঞবা রাখল অদুদি মী থুদিংমক্তদি

পীনবিরমদরে। অদুনা সেক্সপীয়ারগুম্বনা তাইবং অসিবু লীলাগী কম্পারি হায়না লৌথ্রবস্থ তোংব্রাদি য়ানীংদে। লীলাগা অশেংবা পুন্সিগা তক্ক তক্কনা তোঙাল্লি চনৈ খৈদে ;—

"—য়াব পামদবা, শুংঙাইবা পাম্ব—। মঙগী য়া লীলাগী মীশিংদুগা তাইবং মীগা মান্নপোৎ নত্তেনে। তাইবুংঙোথোই (থম্বদা) এথোয়সে (থোইবীনা) লীলাগী মী নত্তে। ভাবনা চাক য়েঙ্গাং হাওথ্রবা চাকলুক অমত্তা চাবিয়ু— ভাইহাক্তদ চাবা য়াবিনি—ভাবনি। য়েং বয়ু— পুক খঙ্গৎপিত্র ?"

(মুংশি অমদম কৈদনো)

কান্নবগীদমক্তা অনোবা পাম্বা একাঙ্কীকারনি। খমথেংবা মতমগী খ্বায়দগী নোবা সমাজগী অশেংবা মমি মহাক্কী তাঙ্কক অমগী লীলাশিংদা তশেং তশেংনা উবা ফংই। মতম অমদি মফমগা চানদ্রবা নত্তাগী য়াখল, ওয়াং শেমদোকখি ; ওয়াংগী অদু ওসি শেমদোকনীংই ; ওসি অসিমকস্থ হয়েংগা চানদ্রগদি শেমদোকপা অমদি শেংদোকপ কে হায়রবসি তোংব্রাগী থাজবনি। ওসিগী মহা-ভারত থাইনগী কুরুক্ষেত্রদা থোকখিবা কৌরব অমদি পাণ্ডবকা লানফম নত্তে হৌজিক হৌজিক কৈরিবা সমাজগী মমুং অমদি মপান্দা মিৎকুপ অমত্তা কাংদনা লেংনরিবা লানফম্নি। থাইনগী মহাভারত্তা চৌবর শাম্বখি, মায়কৈ অনিমত্তা মাঙ-তাকপা নত্তনা অতৈ কান্নবা কৈখিদে হায়বা উংখি। হৌজিক্কী রামায়ণদনা দুরী অমদি ফ্রান্স শাম্নহনবগী য়াফম পুশিল্লকই। থাইনগী লিক্রমদগী থোঙফম অম-কাওবা হাইদোকপা পামদবশিংনা একাঙ্কীকার অসিবু লমহেনবনি

হায়না হায়রৈ। তোংব্রা মশাস্থ থঙই। অদুনা মশাবু 'রারে বম লমহেন' হায়না কৌজবদা চিংনবা পোক্কে। মাগী ৱারেংদি হায়রগী মওংগা ইমান মায়দে, ময়াম্না পাক য়ানরোই হায়বা নীংথিনা থঙজৈ। শেন্দাং ঙম্না তাবা হায়বসিমক্তবু চেঙ মচং চায় লোয়ননা মতা চাত্রগা শাইরোঙস্থ থেংনৈ। শেমদোক শাদোকপা পামদবশিংনা মাবু লমহেনবনি খনৈ। মতাঙ অসিদা তোংব্রাগী আত্মানা ব্যাখ্যা মতেক অমা পীথোকপদা মতা চায় হায়না খল্লি ;—

"কৃত্তিবাস তুলসীদাসনচিংবা কবি কয়ানা বাল্মীকি রামায়ণদা য়াঙদবা ৱা কয়া হাপচিন্দুনা ইনৈ। তাইবংমপাগী মুংঙাইনবা কায়নবা ইচাশিংনা মতমগী পোইরৈ য়েংনা থর শিন্দোকপা শেমদোকপা, আদি কবি বাল্মীকি গুরুনা ঙাকপীসন্থ"

( সনাগী শক্তি )

একাঙ্কীকার তোংব্রাগী রাখলদি লাহেল্লোনি— অরিবগী মায়োক্কা অনৌবগী; অরানবগী মায়োক্কা অচুম্বগী; ফত্তবগী মায়োক্কা অফবগী ; অরেম্বগী মায়োক্কা কায়বগী অমদি মরম ( cause ) গী মায়োক্কা থৌদোকী (event)। ওক্কবা লমহেনবা নহারোলশিংবু খাই পুম্নমক্না শাউই, থুন চঙনা চৈবী, যৈবী, নত্রগা মরক মরক্তা মথোয় মশেল শোইদবহনচুন, কৈনৌ রায়েলস্থ তৌনরকই। তোম্নবা নহারোলশিংচুদি মথোয়না তৌরিবসি করিনো হায়বা থঙজবা নত্তে ; ঈশ্বরনা পীনবিরকপা ফজবা অমদি কায়বা মওংদা শেমদোকত্রিবা প্রবৃত্তি (instinct) শিংনা পুথুনা চৎলিবনি। কৈ ফত্তেগী রাখল চঙত্রিবনি মথোয়দি। অদুবু জ্ঞান তারে লৌশিং চাউরে

হায়রিবা সমাজগী অহল্লোন অসিনা কী কী পণ্ডকামদা কান্মী, লৈকাইনা থগুইবিদে, ময়াম্বনা চৈবী, মপানা ফুবী, চখোকনু লাইরিক ওৱাইদুনা লৈ য়ু, মী খংমগনু হায়বনচিংবা কর-করবা যমল য়াম্নবা পাউতাক্তা পণ্ডনীদা পী। পাউতাক পীরিবা অহল্লোল-শিং অদুদি য়ুমগী মথাদা ভাইহাক্তা লৈংদে, লৈবা তারবসু লাইরিক লাইশু পাবা খবর য়েংবগী রা তোদে তুংদুনা লৈ, কৈকাই কোয়, রারেম ভাণ্ডদুনা লৈনৈ। মী অতৈগ'দ থগুদে ইমুঙ মনুঙদদি অহল অনি অদু অনি লোনবগী, অহুমগুবীখোইদা চৎপগী, জ্বার শামক্রবগী থবক শূনীংদবগী রাহৌদগী অঙাং-মুবী লৈ লৈতে থনবিপোৎ নত্তে, লাউনরিবা ফুনরিব', মশম ফোয়নরিবা মহানি। থঙনা নক্রগা থঙদনা মতৌতম্বা অঙাং অমদি লিশ ন্দ্রিবা নহারোলগী মহৌশানি। নহারোল অমদি অঙাংশিং অসিসু মীনি। কত্তুনা পোক্লকপা নত্তে; নীংবা থুংখিদবদগী, নীংব থুংমনখিদবদগী শাউনিংবা করাদগী ভাওচৎনখিবা য়াবগী, চোইজাইনখিবা য়াবগী রাকম অসি লাইরিক হৈরবা হৈরবী মপা মমানা থনবিকম খোকপনি। অনীলোনবগী চফদা চঙবা হয়িংগুম ঙংনবনা ইমুংদা শান্তি লৈগনি হ য়বা থাজদে; শান্তি লৈত্রবা ইমুঙদগী খোক্লকপা নহারোলগী মকোক্তা শান্তি য়াওরমগনি হায়বদি ওব্বা তোংব্রাগী রাখলনা থাজদে। পুন্সিগী শাংলবা খোঙচৎ অসিগী অহানবা খোঙহৌকমদি ইমুংনি। স্বর্গ হায়ববু হুংঙাইবা মমাতম্বা ইমুংনি* হায়বা রা লৈ। স্বর্গ ওইগদবা ইমুংনা নরক ওইরক্লবদা মদুদগী খোক্লকপা অঙাংনা তৌরকদবা ওইরকদবা মওং অদুদি য়াম্নু

*A happy family is but earlier heaven. —Browning.

রাম্মনদে। হায়রবদি নহারোল ঙাওরকপা ওরুক্তবগী মরু কয়াগী মথু দা অহল্লমন অমদি ইমুং-মচুং অসিগু শীংখাদবা য়াম্রবা অমনি। মচামমৌগী থোইদোকপা য়েংবিবা তৌদনা হন্নুরৈদা বসন্তগী য়েন্নিং হল্লকপদৌনা ঙাওখৎনরকপা অহল্লোল কাঙবুবু মচেক্লা রৈত্নুনা রাররক্লি ;—

"কীপ সাইলেন্ট, অদুগুম্বা ব্যবহার লৈতবা রা ঙাঙবা হৌনব্রাও ? পাখঙ ফাররবা নখোয়না অতুম্না ডিসিপ্লীন লৈতবদগী বাজিগা ইমাগনা ক'রমতা ইকাইদ্রিবা নত্রাও ? অঙাং ফত্রবদি অহল ঙাওবনে খঙও।"

( চান্নবা খাইনবা )

অঙাং অমদি নহারোল রাররক্লি তৈগী মমাঙদা মমা মপা অমদি অহল্লোল হান্না রাররকখিবা তাবনি। ইশৌ লাংলবা ইমুংগী মুংশিৎনা থোপ্না চঙখিদুনা লৈতাখ্রবা 'খোইমু' লাইরিক নিংথি-মুংঙাইনা তমপ্রদুনা মুপী অঙাংদা থরাই হকচাং লুপখিবনা অপাম অপাম্বতা তৌখিবদা থিংহৌদবদগী মমৈখৎংদদি মানা মুংশিজবা পামজবা মুপী ফাওবা থাঙনা থিন্দুমা হাৎলগা থাঙ অদুমক্লা মশা মথন্তা থিজদুনা ভাঙলবা মীওইবগী মপোক লোইশিঙ্খি। শিরমদাইগী মতাংদা 'খোইমু'না সমাজদা শীংনবা অমগা লোয়ননা রাকৎলম্মী ;—

"খোইমু এবু নখোয়না কাবা য়ারোই। নথরাই মাঙনিংত্রবদি চঙলকমু। এগী ইমিং খোইমু কৌই। এবু কনানা শেম্বনো— নহোয় থিহৌ। এ মীহাৎপনি ( মথন্দা থাঙনা থিজৈ ) চৎমিন্নসি খম্বাল—

( এবু কনানা শেম্বনো )

ওন্না তোংত্রাগী খোইমুগুম্বা নচারোল কয়া কয়া গুসি সমাজদা য়োক্লি। অসিগুম্বা মথলগী নচারোলশিং অসি শেম্মনবা নাক-য়েৎ (environment) কয়া কয়া গুসিগী সমাজ অসিদা থুমক হাগুদনা লৈরি। মীওইবগী নাক-য়েৎ হায়বা অসি লুখ্রবা ফিভম্নি। মতাং অসিদা মচৈমশিং তম্বগী মনোবিজ্ঞানগী বিদ্বা'ন ননগী ৱাপল* নীংশিংনফম্মি। কনাগুম্বা ফনা অমম্মুং ফত্তনা পোক্লকপা নত্তে; হাপ্পু হাপ্পুবা পা'ত্র অদুগী মতুংইন্না মওং মরিন নাইখিবনি। অপাম্বা মওংদা নহারোলশিংবু ওইহনগে হায়রবদি য়োকফমগী নাক-য়েৎ হান্না শেমদোকপা মরু ওইবনি।

একাঙ্কীকারগী ৱাথলদা ময়ামগী ওইবা পেন্দবা কয়া ভুমিন্না থাগুদনা লৈথোকথা হৈতে। মিংয়ে' থুদি'মক্কী ওইবা ফংফম থোকপা পুম্নমক ফংবা য়ানবা থুদোংচাবা অসি মীপুম তিংনা ফংহনগদবনি হায়ব'সি তোংত্রাগী লীলাশিংগী থাজবনি। থাজ-ৱগত্তা ভাইদুনা লৈগদবা নত্তে. পীনবিয়ু হায়না মরি লৈনবা পোৎদাং পায়বশিংগী মফমদা মফম অমদি মতম চাদনা, নিক্লগদবা নত্তে, পীফম থোকই ফংগে হায়রুফম থোকই। পেন্দবা কয়া উত্রবা অপাম্বা ফংফম থোকপা হীরম কয়া তান্নগদবনি হায়বা অসি একাঙ্কীকারগী অশেংবা ৱাথলনি। হায়জদুনতা লৈরুবা, মপু শাবশিংবু থনবা, মপু শাবশিংনা য়াবিনবমি চান'বিরক্লবমি

*Circumstances of life are to man what rocks and winds and currents are to a ship, merely accidents that make their qualities manifest but have nothing whatever to do with producing them. —Sir P. Nunn.

হায়রূসা নে-নে তৌরুবা হায়বা রাখল অদুদি সাহিত্যকার অসি-দগীদি ওন্থোক্লা থাপ্পা থোকখ্রে। কংকম থোকপদি কংগদবমক্কি। কংব্রবা মতাংদনা কংহল্লু হায়গনি। য়াদা য়ারক্ত্রবা মতমদা লিংজেল মাম্নবা উত্তুনা লিচিং অমত্তগী ওইদুনা মকম চপচানা মতম চপচাবা য়েংহুনা লৈবাক হৌগদবনি ; —

"অশেংবা Liberty and Equality কংসি হায়রবদি মচা ফেংউ তাদ চাঁদেক মী য়াম্না থোমী ঐখোঃনা লিংজেল মাম্ননা লাল হৌরবদি নিংঙাই তৌরবদি Victory is to our side"

( অরাংবা অমসুং চাঁদেকপ )

লীলা ইবা ইর-ইরগা শান্নবা শাহুনবা অসি একাঙ্কীকার তোংব্রাগী পিল্লিদৈদগী হৈনজরকপা লিনকয়ি। মীশিং য়ামখি-জবা মণিপুর, অসিগীসু মসুংদা সুপ্নগী ইম্ফালগুম্বা সহরমচা অনি মরি থম্বনা শেল চত্নবা লীলা উৎপা হায়বসি লায়র তানবগী ফিভম্নি। মরক অসিদসু মতম ইচঙ চঙদনা শেল থজিক্কুদনা থোইদোক হেন্দোরা দুংঙাইথোবপা য়াবা সিনেমা হায়বা অমগা লাকশিল্লরে। ড্রামাগুম্বা লীলাদি থঙহনরক্ত্রবনি। থঙহনরক্ত্র-বগী চৈরক অংকসু লীলা য়াওবশিংগীদি খরা ফে অদুগা লীলা য়াওবীশিংদি মন্থরপ তৌবা মিয়েংদা য়েংনবা তোক্লক্ত্রি। কনা-গুম্বা অমা, মাম্নবা শাহুনা ময়াম্বু নুংঙাইহনবা হায়বসি চাউথ্রবা কলা অমনি ; মী খুদিংমকী মকমদা লৈবা গুণ নত্তে। অহুবু মণিপুরদদি, কতৈ লৈবাক অয়াম্বশিংদসু কদু মঙাক, লীলা য়াও-বীব "এ মাদি ড্রামা য়াওবীনি" হায়বগী চৎনবী অমা লৈনবগুম

তৌরি। তৌবিরবস্থ কল্লক্ত্না হায়ববু ওইরবস্থ শাওদুনা হায়-ববু ওইরবস্থ পুম্নলাম লাল্লি হেক হায়রুবা য়াড্রি। সমাজগী রাকমস্থ লৌদবা ভমদে। ভাংনঙ্গিবা শরুরিবা পুম্নমক সমাজগী মিংশেল ওই লীলাশিং ইরিবা কলাকার তোংব্রা ভাদবা নত্তে ; —

"অবতারঃ— মখোয়' কাকা ধৃতরাষ্ট্রনা মুশা মরক্তা চুপীন লীলা য়াওবসি থর চি'নৈ।" (সনাগী শক্তি) অদুবু তোংব্রাগী অপাম্বা অমদি থাজনদি লীলা পালা য়াওবা মীমাং থোকপা অসি শেল তামবগী ভাক নত্রবস্থ মী অমা ওইবগী অহেনবা গুণ অমনি। চুম্মী মরাইবক থীখিবা থরস্থ লম্মাংনখিদবা নত্তে। অদুবু লমক্কিং মৈরা ওইরিবা মৈ অদুনা অতোপ্পগী মাঙতাকুবা হীরমদা শিজিন্নরুবস্থ য়াই। চাক চত্রিং অমনা চেঙ চেক্কোক অমা মাংইদি হায়ববু মাংই হায়নবতনি মাঙবগী য়াদি নত্তে। অদুনা লীলা ইবা তোংব্রাগী মতমি;—

"এসঃ পিঃ—লীলা হৈবসি কান্নবনি; থর থর য়াওহল্লো।"

(সনাগী শক্তি)

একাঙ্কীকার তোংব্রা মশাগী লীলাশিংদা মহৈমশিং তম্বী-বগী হীরমদা চথোম্না হৈ শিংলবা মীওই অমা ওইনা মখ্যামগী মনাঙদা থোকলকই। 'মেট্রিক পাশ', অনিথোক্লা চীথ্যাইরে'-নচিংবা লীলা মপুশিংদা পোমিৎ খঙলবা ওঝা অমা ওইনা লৈ। মাগী অপাম্বা মতু'ঙ্গনা তম্ব অমদি তম্বীব' মাইকৈদা মতমগা চুনরবা থৌরম কয়ামুক পুথোকলকই। চৌজিকমকস্থ মতিক চারবা ওঝা অমা ওইনা লৈরি। হীরম অসিদস্থ

মশাগী ওইবা তোপ্তোপ্পা য়াথল অম্মা অছুম লৈ। লৈরিবা স্কুল অমসুং কোলেজশিংগী অমোৎপা অমদি অহোবা কয়ামুক হুকথেংননা থেংনরকপদগী য়াম্না মুন্না থওই হেন্না থওজিল্লবা হোৎনৈ। থওলগা অমদি থওজিল্লগতা তুমিন্না লৈথোক্তে অরাৎপা কয়াহু সমাজগী মমাঙদা থম্লগা উৎলি। মতাং মতাংগী ওইনা অমোৎপা কয়াহ শেংদোক্লবা অমদি অরাৎপা অহোবা কয়া'ক্লবুনা মেনশিন্নবা পোইরৈ য়েং য়েংহুনা পোথী পুথোকই। ওঝাগী পোথীশিংসি মণিপুরগুম্বা মহৈমশিংগী চাউথৎপা থোঙ-থাংদা শোথরপ তারিবা লৈবাকশিংগীদমকদি পুমনৌ পুমনৌ নৌমিবা ঙাক্তা ওইনা তৌরি। মতাং অসিদা ওঝাগী মতিত স্কুল কোলেজ হায়রগা লাইরিকঙাক্তা তম্বীগদবা নত্তে। মী য়ামদ্রিবৈঙদি য়ামদ্রিবৈঙনি, হৈনদ্রবা ফাওবদা নম নমহুনা তমহন-বা য়ারম্মী। হৌজিক্তি মীশিং য়াম্লক্লে। য়াম্লক্লিবা মীশিং অসি অমগা অমগা মাম্নদে। লাইরিক্তনা শিনফম নত্তে। লাইরিক তম্বদা মতা চারোইদবা মথুৎ মশাদি হৈনা পোক্লকপা অঙাংশিংগী মতিক চাবা চাবা মফম স্কুল অমদি কোলেজশিংনা পীবিগদবনি। ইংলিশ ব্যাকরন চিনফা পুরগা ঙম্লকপা পরীক্ষাগা অরামদার নাল্লগা ঙম্লকপা পরীক্ষাগা চাং অমত্তগী ওইবা মওং-দা থম্বা কৈ সমাজনা মথল খুদিংমক্কী মীওইশিং পাম্মী। সমাজনা পাম্লিবা হৗরম খুদিংমক্কী বিষয় পুম্নমক্তা থম্বীগদবনি। থম্নমু হৌরক্লি। থম্লক্লিবা থরা অসিদা ওঝা তোংত্রা পেনবা ঙমদে। কবি করি তম্বীকম থোকপগে, স্কুল অমদি কোলেজনচিংবা

শিল্পমশক্তসিংদা করি করি শিল্পমহৈনগদগী হায়রবগী মরিলা ওঝা গী পামজবদি ;—

"শুনীত্র :—এজা, এথোর' স্কুলদি তাইবং মীনা তম্বা য়াবা মহৈ মথৈ তম্বিনবা থোরাং থমজে। লাইব্রিক কয়া থরাই য়াওকাত্তবা ছাত্র ছাত্রীশিংবু মী শাব, লাই শাব, ফি শাব যুম শাব তম্বিজে।" (বসন্ত পঞ্চমী)

হৌজিক হৌজিকমক চৎনরিবা তম্বিবা অমদি তাকপীবগী মওং অদি ওঝা তোংব্রা য়ানিংদে। পামজবশিং অদু মশাগী লীলামচাশিংদা ময়েকশেংনা উংদি। অতোংশিংনা অমুক অসিদা স্কুল কাগনি হায়বা খল্লুবদা কুমিদাং চাকচাত্তোকপগী অড্রাই-দগী হোরে কপ্পিংবা। ক্লাস চঙবদস্থু কৈরেন কৈজাও কুনবা মকমত্তু মঙাই চঙলীংখিদ্রিবা। য়ুমদা তোই মাইকৈ অয়িমক্তগী 'লাইব্রিক তো' হায়রবগী অয়াকপা থোয়াওনা মনাকোং লীংজা রৈ। খল্লুরগা অমুক ওইহল্লীংদরে লুমিদাং য়াচংহৎদরে। অসি শুম্বা মওং অসিদা মুয়া খল্লুরবদি অতোংশিংগী মরাল থোইনা লৈতে খুৎতম্বী, ওঝা অমদি য়ুমগী অহল্লমন তত্থম অসিগী মরু ওইবা মরাকনি। ওঝা তোংব্রাগী মতনি ;—

"লায়রবা লৈবাক ওইরবস্থু লাইব্রিক তম্বগী খুৎশু-খুৎলায় মাত্তক চানা থম্বমক শুমত্রবস্থু লৈবাক্কা মতিক চাবা ওঝাবু মতিক চানা তঙলব পীত্তুনা থরাই য়াওনা তম্বিহনবা কৈ। মৈতৈগী হৌজিক ট্রেণ্ড টিচর মশীং কয়া য়ামখিদ্রবনো অদুগী মথক্তা মমা মপানা স্কুলদা মচা থাখ্রে, মরাইনা হৈজরক্লনি হায়বা য়াবন্দা

খণ থাদোক্না খণশেন্নহাদা শীখিবগুম ৱোই.........জ্ঞান তাম্বা মথা মপানা মচা মচানু হৈহন্নবা হোৎনবদা হৈজনব', অম্বা লখীতুম থোকপা য়াওই। অঙা'বু ঐখোয়না অহল জ্ঞান তাবগুম খৈরে—অঙাংদি অঙাংনি হায়না কাউমৈ।" ( মাপা শবা )

চখরিবা পাঠ্যক্রম অসি, ওবা অমা ওইনা তোংন্না পঙন্না য়ানিংদে। মথাগী ওইবা ক্লাসশিংগী পাঠ্যক্রম মচেৎ অমা অস্থুন্না পীরি ; —

"আফ্রিকা আষ্ট্রেলিয়াগী মেপ য়েকপা তম্বিত্রিদৈদা অনকপা ঐখোয়গী লৈবাকী হান্না মুন্না হৈহন্নগা চাংদমন্তুনা তম্বিবা কৈ। ইতিহাসকী শোক কাবা রায়। অচৌ অচৌবা নিংথৌ খরা খন্নগা মথোয়গা চাংদমন্তুনা অতৈ কাহনবা লায় ... ...অপীকপা অঙাংদা এবট্রেক্ট ওইবা পোৎকী মরমদা পঙহং হংবা কান্নদে। জেমরেল নোলেজদা মতম খর ওইরম্বা মস্ত্রীগুম্বা খরগী মমিং কাহনবা কান্নদে। হেন্না কান্নবা মরম অতৈদা মপাঙল শীজিন্নহনবা কৈ।"

( মপা শাবা )

ময়ামগী মিৎয়েংদা লমচৎ কায়থ্রবা ডাকুনি হায়তুনা কুন-চৈনবগী হৌরমলোমদা নিশা কাথ্রবা নহারোলশিংবু কায়রক্লবা মতমদা, কাজিন পুনশিনবগী থৌদা পুরিবা থানাতমক ইন্থোকপা চুমদে, মহৈ মশিংগী থৌদাং পুরিবশিংগীস্থ মিৎয়েং থোইদোক হেন্দোকনা তাবিকম থোকই। নহারোলশিং অসিগী লমচৎ চুমথোরকপদা পুন্নমক মতেং পীকম থোকই। অঙাওবা ঈচেলগুম খুদোং থীরিবা

ভাওচংমবা নিশা অমদা ভাউচুনা লৈরবা মহারোলশিং অসিগী লমচৎপু শেমদোকপা য়াকম থোকপ্রা ? ওঝা তোংব্রাগী পাউ-খুম্নি ;—

"নীংথিনা শেম্বিরবদি য়ামি— sp3cial স্কুল অমা দরকার ওই।"

য়াবগী রাকমদা থম্মরগা থবক ইপাণ্ড পাঙথোক্কন। লৈথোকপদি চুমদে, মত্রবদি ;—

"থৌশাদনা থাদোক্লবদি মশীং য়ামথংলক্কনা সমাজগী অচৌবা অমাওবা অমা ওইগদৌরিবনি।"

২য়ম অজুনা—

"মুম লৈকাই, স্কুল ওঝাশিং, মমা মপা নীচম অমম্ভং য়াজ সরকার ময়াম চঙ্ক্তনা অমাঙবা অসি থোক্লদনবা হোৎমবা চুমই।"

(তাকুমচাগী স্কুল)

## লোইরবা

[illegible]চিন্তা—

## ঘৰতে পৌঢ়িবা পাইৰিকশিং

ইংলিচ—

1. Theory of Literature—Warren & Welleck.
2. The Art of Drama—Ronald Peacock.
3. The business of criticism—Helen Gardener.
4. Drama—Ashely Dukes.
5. Poetics-Aristotle ( by S. H. Butcher )
6. What Is Art and other Essays—Tolstoy.
7. Essays in Criticism—Matthew Arnold.
8. Aspects of Novel—E. M. Foster.
9. An Introduction to the Study of Literature —W. H. Hudson
10. Selected Essays—T. S. Eliot.
11. Literary Remours—Coleridge.
12. The Quest of Literature—G. J. Shiply.

হিন্দী—

১। আলোচনা কে সিদ্ধান্ত—শিবদানসিং চৌহান।

২। সাহিত্যালোচন—ডাঃ শ্যামসুন্দৰদাস।

৩। কাব্যদৰ্পন—ৰামদহিন মিশ্ৰ।

৪। কাব্য কে ৰূপ—গুলাব ৰায়।

৫। পাশ্চাত্য আলোচনা কে সিদ্ধান্ত—লীলাধৰ গুপ্ত।